অহানবা থুংনম—নবেম্বর ৩, ১৯৯২
কোপী মশীং ১০০০
মমল লুপা ২৫/-






নম্ফমঃ—
শ্রীগোবিন্দ প্রিন্টিং বার্কস
হরে কৃষ্ণ লেণ্ড, এয়ারপোর্ট রোড
ইম্ফাল—৭৯৫০০১
ফোন—২২১৫৮৭/২২২২৫০

# ম্যাওফম তাকপা


বোনশাই মশক তাকপা ১
বোনশাইগী মখল ২
বোনশাইগী মওং ৩
বোনশাইগী পাম্বী কবম্না লৌগদগে ৯
বোনশাই করম্বা পাত্রদা থাগদগে ১০
বোনশাই পাম্বী অমবু করম্না অহানবদা থাগদগে ১১
বোনশাই অমদা শীজিন্নগদবা লৈপাক লৈহাও ১২
বোনশাই অমগী মওং করম্না শেম্বী শাবীগদগে ১৪
বোনশাইদা করম্না তাম্না য়েংতুনা মওং শেম্বীগদগে ১৬
বোনশাই গমলা নজ্রগা লৈপাক করম্না শিনবিগনি ১৭
বোনশাই পাম্বী অমবু করম্বা মফমদা থম্বীগদগে ২০
বোনশাইবু করম্না ঈশীং চাইবিগনি ২১
বোনশাইগী মখোংদা ইশং করম্না থাগদগে ২৪
বোনশাই পাম্বী অমদা করম্না খুৎশেমগী হার অমদি মহৌশাগী
ওইবা মখলগী হার শীজিন্নগদগে ২৫
বোশাই পাম্বী অমবু অতোপ্পা পাম্বে (ত্রিক) শীজিন্নদুনা
করম্না শেম্বীগদগে ২৭
বোনশাই পাম্বী অমগী মশা মরেং করম্না ককপীগদগে ৩০
করম্না বোনশাই অমবু শেল তিংদুনা লৈবিগদগে ৩৪
বোনশাই শেম্বদা চঙবা খুৎশু খুৎলাই ৩৫
করম্না বোনশাইবু লংথোক্তুনা থম্বীরমগদগে ৩৬
কা মম্লুংদা থমগদবা বোনশাই ৩৯
শাইকাই অমসুং বোনকাই ৪০
বোনশাইবু করম্না লায়না তিলনাদগী ঙাকথোকপীগদগে ৪২
চিনা অমসুং জপানগী বোনশাই অমসুং অইবগী রাখন্দা মনিপুরদা
তুংদা ওইরকপা য়াবা বোনশাইগী ফিভম ৪৫

# ৱাহৌদোক

ঐনা বোনশাই থাবা হৌখিবসি ইং ১৯৮২ গী এপ্রিল থাদগীনি। মসিগী মমাঙদা ঐনা বোনশাই করিনো হায়বা খঙলমদে, মমিং ফাওবা তাখিদে। মতম অদুৱাইদা G. Bimal Sharma গা ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নৱম্মী, হৌজিকসু লুনা অদুম তিন্নরি। নোংমা মরুপসিগী য়ুমদা লৈ-শু য়েংবা চংচরুই। ঐহাক্না মুমিৎতুদা উজরক-খিবশিংগী মমুংদা ঙসি ফাওবদা কাউবা ঙমদ্রিবদি খোংনাং, মঙ্গে, মাধবী, খোংনাংবট, কৌবিলা অতোপ্পা মউ চাউনা হৌগদবা উপাম্বীশিং চাউবা শুকহেন হেলহন্দনা পীকপ্রবা পাত্র হায়বদি কম্বী, চাগী ত্রে, পুখম অমদি মখল মখলগী লুং তেঙ্গোংতা নীংথিজনা হৌদুনা লৈরম্বা অদুনি। ইহান হানবা ওইনা পাম্বীশিংসু উবদা ঐঙোন্দা হায়নিং-ঙাই লৈতনা লুংঙাইবা পোকচখি। মরুপ অসিনা অসিগুম্বা পাম্বীবু চাউহন্দনা থম্বা অসি বোনশাই কৌই হায়না তাকপিখি। মুমিংতুদা মরুপ অসিনা Rubber পাম্বী অমা পীরকখি অমসুং পাম্বীসু ঙসি ফাওবা বোনশাই ওইনা য়োকচরি। ঐনা বোনশাই থানীংবগী থরায় য়াওবসু উবদা মরুপসিনা খুং পায়দুনা বোনশাইদি অসুম্না শেমগদবনি হায়না তাকপিরকখি। তশেংনা হায়বা তারবদা G. Bimal Sharma অসি ঐগীদমক্তদি বোনশাইগী ওজা গুরুনি হায়জনিংই। মথা তানা পঙবা তারবদা মরুপসি মনিপুরদা বোনশাই থাবা হৌদোকখিবা মীশক্তি হায়জনীংই। মহাক ঐখোয় খুাইগীদি চাউথোকচনীংঙাইনি অমসুং হিরম অশোমদদি মাগী মমিং মনিপুরদা পম্নহৌরগদবনি।

ঐহাক্না বোনশাই কৌবা লাইরিকসি ইজরিবগী মরমদি ঐনা বোনশাই অসি থরায় হকচাঙরক য়াওনা পামজবনি। বোনশাইবু য়োকখৎচনিংবা, ঐগুম্না বোনশাইবু পামজবা, মুংশিজবা মীওইশিংবু তেংবাংজনীংবা অমসুং লৈবাকসিদা হেন্না ফজবা বোনশাই পুথোকপা ওমগত্রা খনজতুনা ইজবনি।

লাইরিকসিদা ঐনা থরদং পনজরিবসি চহী ১০ বোনশাই থাবদা থেংনজরকপা অফ-ফত্ত কয়াগা অতৈ লাইরিক খরদা থেংনজরকপা জ্ঞানশিংগা চুমশিন্নজরগা ইজবনি। বোনশাইগী মরমদা নীংথিনা খণ্ডবীরবা মীওইশিংনা ঐহাক্না খণ্ডবা রাৎপদগী চিখ-নাম্বহৌবা অমদি অরানবা থেংনবিরবদি অইবগী মফমদা অইবা ওইনা খণ্ডহন-বিরক্লবদি হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচগনি অমসুং মথওগী চেফোঙদা হাপচিনজগনি অমসুং চুমথোকচগনি। অসুম্না হেন্না ফজবা লাইরিক অমা পুথোকপদা মতেঙ পীখিরবদি অদোমগী লমন অইবনা তোনশিনজরবনি। অমুক্তসু শ্রীহুইদ্রোম কেপেন সিংহনা লাইরিক অসিগী মখুম অথুবা মতমদা থক্সায় য়াওনা য়েকপিরকপগীদমক্তা থাগৎচরি লোয়ননা তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি।

# ১
# " বোনশাই মশক তাকপা "

ঐহাক্না থেংনজরকপা লাইরিক খরদগী অমদি T.V. programmeগী মতুং-ইন্না বোনশাই অসি CHINA ১স্নুং JAPAN না ইহান হান্না হৌদোকখি অমসুং JAPAN দা নিংথিনা Cutlure তৌরে হায়বসি খংবা ঙমজে; রাফম অসি মীয়ামসু হেন্না খংবিরমলগনি নিংজৈ॥ অদুবু হৌজিক্কি পৃথিবীগী মফম খরদসু বোনশাই অসি য়াম্না পান্নবা থানরক্লে হায়বগী ঈ-পাউ ফংদবা নত্তে। ঐখোয়গী লৈবাক ভারত অমদি ঐখোয়গী ষ্টেট মনিপুরদসু বোনশাই লৈরে হায়বসি মীয়াম্না উবিরবা ঙাক্কনি॥ ভারতকী মন্নুংদা Dr. Agnihotri, Jyoti Parekh, Dr. R.P. Rao, Laila Dhanda খোইদোক হেন্দোক্না মমিং পনবা য়াই অমসুং ঐখোয়গী ষ্টেট মনিপুরগী ওইনা মীশক খর পঙ্গবা তারবদা G. Bimal Sharma, Ak. Imochaubi Singh, O. Rajen Singh, Ch. Radhakanta Singh, N. Kamdeva Singh অসিনচিংবনি। পঙ্গরিবা মীশকশিং অসি বোনশাই কম্পিতিশনদা Prize winner ওইথ্রবা মীওই ঙাক্কনি॥

ঐখোয়না বোনশাই থাবদা পাম্বী অসিমক থাগদবনি হায়বগী অককনবা লৈত্তে, পাম্বী খু দংমক বোনশাই শেম্বা নঙ্গা থাবা য়াই॥ অদুবু ময়াই ওইরপ চাওবা অমদি য়াম্না চাওবা মখলগী উ পাম্বীশিংবু মরু ওইনা বোনশাই ওইনা থানৈ॥ হায়রিবা মখলগী উপাম্বীশিং অসিগী

মশাগী শক্তম অমদি মূর্ত্তি কায়হন্দনা য়াম্মা লিরবা পাম্বী অমগী শক্তম উত্তূনা অথেনবা পাত্রদা, গমলাদা, কম্বীদা চাউহন্দনা থাম্নুনা পাম্বী য়োকপবু ঐখোয়না বোনশাই থাবা নত্রগা বোনশাই কৌই ॥ বোনশাই হায়বসি House Plant নত্তে হায়বসি ঐখোয়না খংগদবনি হায়বদি বোনশাই শেম্নবা পাম্বীশিং অদু ইমুং অমস্নুং মাঙ্গোলদা মতম শাংনা কুইনা থম্মীরোইদবনি।

## ২
## " বোনশাইগী মথল "

ঙসি ফাওবদা মীয়াম্মা থানরীবা বোনশাই সি হৌরিবা পাম্বী অদুগী অৱাংবা অমস্নুং অনেম্বগী মতুং ইন্না ঐখোয়না মথল অহুম থোক্না থায়-দোকপা য়াই। মখোয়শিং অদুদি অহানবদা অপিকপা বোনশাই, মসিবু মীয়াম্মা Mame Bonsai হায়না খংনৈ। অনিশুবদা ময়ায় ওই-রপ্পা বোনশাই ( Medium Bonsai ) অমস্নুং অহুমশুবদা অচৌবা বোনশাই ( Large Bonsai ) অসিনচিংবনি।

Mame Bonsai হায়রগা ঐখোয়না অপিকপা মথলগী বোন-শাইবু খংনৈ হায়না মথক্তা পনজগ্রে। হায়রিবা মথল অসিগী বোনশাইগী অৱাংবদি ইঞ্চি ৬ কী মমুংদা লৈবা বোনশাইবু খংনগনি। ইঞ্চি ৬ দগী হেন্না রাংথ্রগদি ঐখোয়না Mame Bonsai হায়না কৌবা য়াদ্রে।

Medium Bonsai— হায়রিবা মথল অসিগী বোনশাইনা ইঞ্চি ৬ গী মথক্তগীনা ইঞ্চি ১২ ফাওবগী মমুংদা লৈবা বোনশাইবু ঐখোয়না খংনগনি।

Large Bonsai—Large Bonsai হায়রগনা ইঞ্চি ১১ গী মথক্কগীনা ইঞ্চি ২৪ ফাওবগী মনুংদা লৈবা বোনশাইশিংবু খংনৈ। মথক্কা পনজগ্রিবা বোনশাই মখল অহুমগী অরাংবা ওনবগী মতাংদা ঐখোয়না বোনশাই থাগ্নিবা পাত্র অতুগী অরাংয়া য়াওদনা পাত্র অতুগী মথক্কগী পাম্বীগী অবাংবতুদং লৌবিগদবনি।

মথক্কা পনজগ্রিবা বোনশাই মখল অহুম অসিদা নত্তনা Gaint Bonsai অমসুং Courtyard Bonsai হায়নসু থানবি। Gaint Bonsai গী অবাংবনা ফুট ৩ অমসুং Courtyard Bonsai গী অরাংবনা ফুট ৪ দগী ফুট ৫ ফাওবা অহুমক ওইবা য়াই।

## ৩

## "বোনশাইগী মওং"

বোনশাইগী মওং ( Style ) অসি তরাতরেৎ তরানিপাল থোক্না থায়দোকপা য়াই ( ১ ) Formal upright style ( ২ ) Informal upright style ( ৩ ) Slanting style ( ৪ ) Broom style (৫) Cascade style (৬) Semi-cascade style (৭) Wind swept style (৮) Root on Rock or Rock grown style (৯) Weeping style (১০) Literati style ( ১১ ) Expose root style ( ১২ ) Planted on rock ( ১৩ ) Split trunk style ( ১৪ ) Drift wood style ( ১৫ ) Twin trunk style ( ১৬ ) Triple trunk style ( ১৭ ) Multiple trunk style ( ১৮ ) Group Bonsai style. অসিনচিংবনি।

(১) ***Formal upright style:***—হায়রিবা মখল অসিদা বোনশাই ওইরিবা পাম্বী অসিগী মউ অসি অচুম্বা ইতিং তিংবা চপ তিংনা হৌবা কাংবুশিংবু ঐখোয়না খংনগনি। অদুগা পাম্বী অসিগী মশা মরেংদি ফজগদবা মওংদা শেম শাবা করিস্থু অকাইবা লৈতে।

(২) ***Informal upright style:***— হায়রিবা মখল অসিদনা বোন-শাই পাম্বীগী মউ অসি অকোনবা থেকোই থেকোই তৌবা চুমদবা মখলগী বোনশাইবু ঐখোয়না খংনগনি।

(৩)***Slanting style:***— বোনশাই পাম্বী অমবু য়েত্তা নৎত্রগা ওইদা নৎত্রগা তুং ওইরপ্পা পৈথদুনা পাম্বীগী থোইদোক হেন্দোকপা যক্তবা উত্তুনা থাববু খংনৈ।

(৪) ***Broom style:***— ***style*** অসিদনা বোনশাই পাম্বীগী মশা-শিংদু থোয়দোকপা চিংথবা পৈথোকপা য়াওদনা ইতিং তিংন শুমজিং শানা ইপুং পুংনা শেম্বা অদুবু ***Broom style*** কৌই। হায়রিবা মখল অসিদদি খরা হেন্না মনা কুপ্পা পাম্বীনা শেম্বনা ফজবা হেল্লি।

(৫) ***Cascade style:***— ***Cascade style*** অসিদি পাম্বী অয়াম্বনা তৌরিবা ***style*** অসিদগী তোপ তোপ্পী। হায়রিবা মওং অসিদদি পাম্বী অসি চুম্না হৌগৎলমলগা পাম্বী অসিগী মশা মরেং অমদি মতোনগী শরুক অদু মথকলোমদা চৎখিবগী মহুত্তা অশুম অশুম নাকল অমতদা হায়থরক্লুনা পাম্বী অদুনা হৌজরিবা পাত্র অদুগী মথাগী অরোইবা শরুক অদুদগী হেন্না চোম্থদুনা মশা মরেং শন্দোক্লুনা হৌবা মখলগী বোনশাইবু ***Cascade style*** কৌই। ***Cascade style***

থাগদোরিবা পাত্র অসিদি অতৈ বোনশাই থাবদা শীজিন্নরিবা অথেনবা পাত্র নত্তবা থরা হেন্না লুরপ তৌবা মখলগী পাত্রদা থবিগদবনি। *Cascade style* গীদমক্তদি মরুওইনা *Juniperus* অমসুং *Pine* কাংবুনা শেম্বনা থরা হেন্না ফজবগুম অমদি লাইনা থোকপগুম তৌই।

(৬) *Semi cascade style* :- হায়রিবা মখল অসিগী পাম্বী খুথাদি মথক্তা পনজখ্রিবা *cascade style* অসিগা অতুমক মান্নরে হায়না লৌবা য়ারে॥ মসিদা খিতং খেৎনরিবা হায়ববু *cascade style* দা হায়থরিবগী চাং অতু য়োদনা পাম্বী অতুনা হৌজরিবা পাত্রগী মখাগী *Level* ফাওবা হায়থতুনা হৌহনবা মখলগী বোনশাইবু ঐখোয়না *Semi cascade style* কৌই॥ ইশম শম্না মসিবু ঐখোয়না পুং ফাদ্রিবা *cascade style* অমনি হায়নসু লৌবা য়ারে॥

(৭) *Wind swept style* :- করিগুম্বা পাম্বী অমবু চুম্না হৌজরম-বদগী অকনবা নুংশিং লাক্তুনা হায়রিবা পাম্বী অসিগী মশা মরেং অমদি নৌরিবা মতৌলগী শরুকশিং অতু নুংশিংকী শাফুনা নাকল অমত্তদা ছুমতুনা লৈবগী শক্তম উৎলিবা বোনশাই অতুবু *wind swept style* কৌই। *Style* অসি শেম্নবা হোৎনবদা অথোৎপা মখলগী তরা, কোরি, নম্রগা এলুমিনিয়ম শিজিন্নতুনা শেম্বীবনা খুদোং চাবা হেল্লি।

(৮) *Root on Rock or Rock Grown style* :— মখল অসিগী বোনশাই খুথাদি, বোনশাই ওইরিবা পাম্বী অতু নুং অমগী মথক্তা খিন্দুনা পাম্বীতুগী মরাশিং অতুনা ইকোই কোইনা নুং অতুবু য়োমশিনবগী মতৌগুম থমলগা বোনশাই পাত্রদা হৌহনলিবশিংবু *Root on Rock Style* কৌই। *Style* অসিগী ওইনা খ্বাইদগী

খুদোংচাবা খুথাদি মপুং মরৈ ফাজ্রিবা পাম্বী অমবু মুং অমগী মথক্তা মরা-শিং অদু নিংথিজনা চাইথোকপিরগা-শন্দোকপিরগা লং নত্রগা থৌরি মচা না পুনশিনবিরগা কা হেন্না লুদবা মথয়াং থরা লাউবা গমলা অমদা ফুমদুনা চহি ২/৩ থাবিগদবনি ॥

(৯) *Weeping style:—* ঙসি ঐথোয়না থেংনরিবা পাম্বী অয়াম্বা মশা মরেংগা লোয়ননা মথকলোমদা চুম্না কাপথৎত্নুনা হৌবা থেং-নরি। অদুবু *Weeping style* অসিদদি ঐথোয়না খুৎশেমগী পাম্বৈনা লোঙলিবা মশাশিংদু হায়থহন্দুনা শেম্বীগনি অদুগা মতোলগী শরুক, অদুবুনা নিংথিনা তেনলপ্পা অমদি কোইরপ্পা ককথৎপিগদবনি।

(১০) *Literati style:—* হায়রিবা *style* অসিদদি বোনশাই পাম্বী অমদগী মখোংগী শরুক্কী অমদি ময়ায়গী শরুক ফাওবদা লোঙলিবা মশাশিংদু পুম্নমক লৌথোকপিগগা মতোলগী শরুক্তা লোঙলিবা মশা অদুদমক য়োক্লুনা শেম্বা মওং অদুবু খঙনৈ।

(১১) *Expose Root style:—* হায়রিবা মথল অসিদা পাম্বীগী মওং অসি চুম্না হৌজরম্বদগী অকনবা তুংশিংনা তুথহল্লবগী মওং নত্রগম্ব পাম্বীগী অকোইবদা লৈরিবা লৈবাক অদু নিংথায়থিদুনা মরাগী শরুক নিংথিনা উরবা অদুগা মউ অদুনা তুথথিবগী মওংদা হৌববু ঐথোয়না *Root expose style* হায়না খংনগনি।

(১২) *Plunted on Rock Style:—* *style* অসিদদি পাম্বী অদুনা হৌজনবগীদমক্তা পাত্র দরকার ওইদ্রে।। শুপ্পত্তগী মুংজাও অমদা পকচরম্বা লৈবাক অমদি ইশংদা নপতুনা হৌহনবগী মওং অদুতবু খংনগনি। অসুম্না হৌহল্লবা মথলগী বোনশাই অসি ঐথোয়না

বোনশাইগী অথেনবা পাত্র অমদা য়েংবা মুংশাইনবগীদমক্তা ইচম চম্না খিন্দুনা থম্বা য়াই।

(১৩) *Split trunk style:*— হায়রিবা মথল অসিদা পাম্বীগী শক্তমদি চহি য়াম্না লিরবগী শক্তম উৎপা ওইনা পাম্বী অতুগী মবুগী শরুক অমদি উগী শরুক থরমথৈদি শিখিতুনা উকে্াং ওইনা উহন্দুনা হোৌবা অসিবু ঐখোয়না *Split trunk style* কৌই। মসিগুম্বগী মওং অসি তানবা ঐখোয়না অহৌবা বোনশাই পাম্বী অমগী মকু অমস্তুং মমুংগী উগী শরুক অতু অথৌবা থাং অমগী মতেংনা খেং- তোক্তুনা শেম্বা য়াই। অতুগা খেৎতোকখ্রিবা শরুক অতু লৈবাক লৈহাও তৈশন্দুনা থরা থুনা পুমথনবা তপ্না তপ্না হোৎনবিবা য়াই।

(১৪) *Drift wood style:*— *Drift wood style* গী বোনশাই অসিদা হৌরিবা পাম্বী অসিসু মথক্কী *Split trunk style* গী মতৌগুম য়াম্না লিরবা পাম্বী অমগী শক্তম অমগুম্না পাম্বীগী মউ অমদি মশা থরমথৈদি উশি ওইনা, উকং ওইনা অতুমক লৈহন্দুনা পাম্বীবু হোৌহনবা অতুবু খঙনৈ। হায়রিবা উকং উসি অসি মোংজু মুংশানা কেমখিদমবা পৎখিদনবা ঐখোয়না *Lime sulphur* নত্রগা *Sand paper* না নিংি না নাম্থোকপিরগা *Varnish* চহি অমগী মমুংদা ৩/৪ রক তৈবিগনি। ঐখোয়না মওং অনিদা *Drift Wood style* অসি শেম্বা য়াই। মতুদিঃ—(*i*) অহৌবা পাম্বী অতুদগী হেম্না যজগাদবা মওং হায়বদি মিংয়েংকম লৌরগা থাংনা মকু অতু শেংনা খেৎতুনা উশি উকং শেম্বা অমা, (*ii*) অকংবা উ পাম্বী (বোনশাইগী *size*) অমবু মরাগা কোম্লনা ফুক্লগা মতুগী তুং ওইরপ্না অতোপ্পা অহিংবা পাম্বী অমা থাতুনা পিথ্রাইগী পিন মচা

থাজিন্দুনা অমদি *Plastic* থোরীনা চহি ১/২ পুন্দুনা শেম্বীবা য়াই। পনবা য়াবা অমনা অকংবা উগা নপনগদৌরিবা অহিংবা পাম্বী অতুগী নাকল শরুক খরদি মকু অতু লৌথোকপিগদবনি। শেম্বীবা মতমদা অকংবা উ অতুগা মকু লৌথোকপ্রবা শরুক অতুগা নপাশিনবিগদবনি।

(১৫) *Twin trunk style:*— অসিগুম্বা মখলগী বোনশাইদা মরুওইবা *Main stock trunk* ওইনা পাম্বী অমা লৈগনি অসিবু শোগংপা ওইনা হায়বদি *subordinate plant* অমা ওইনা *Main trunk* গী মখোংদগী লোংথোক্তুনা হৌবা অসিগুম্বা *style* অসিবু খংনগনি। শম্না হায়রবদা *Twin truuk style*দা মখোংদগী অরোংবা পাম্বী অমা ওইগদবনি।

(১৬) *Triple trunk Style :— Twin Trunk style* গুম *Triple Trunk style* দনা *Main Trunk* অতুগী মখোংদগী অতোপ্পা পাম্বী (চারা) অনি লোংথোক্তুনা *Trunk* অহুম শুরবা অতুবু *Triple Trunk style* কৌই।

(১৭) *Multiple Trunk Style :—* হায়রিবা *sty!e* অসিদসু *Twin* অমসুং *Triple style* অমগুম্না পাম্বীগী মখোংদগী অহুমদগী হেন্না লোংতুনা হৌববু ঐখোয়না খংনৈ॥

(১৮) *Group Bonsai style :—* মসিগী *style* অসিবু ঐখোয়না *Forest style* হায়নসু খংনৈ॥ মসিগুম্বা মখলগী *style* অসিদনা খরা হেন্না চাউবা পাত্রদা বোনশাইগী পাম্বী খরা ফজগদবা মওং য়েংতুনা অনেম অবাং শেমতুনা জঙ্গল অমা শেম্বনি॥ জঙ্গল শেম্বদা

পাম্বীগী মশীংদি ঐহাক্না উজবদা তুমা শুদবা ওইনা ভাক্কা থেংনজে ।। শম্না হায়রবদা ৩,৫,৭, অসিনচিংবনি ।।

ময়ামগী মকমদা বোনশাইবু মশক তাকচখিবগা লোইননা ঐনা হায়জনিংবদি মীওইবা ঐখোয়গী ইশা ইশাগী ওইবা হৈনবী *Hobby* অমা ওইনা বোনশাই থাবিয়ু অমসুং য়োকপিয়ু। লাইরিক অসিবু নৈনবিহুনা বোনশাই থাবা য়াবগী খুদোংচাবা অদু লৌবিয়ু। ময়ামগী চিন্নবা মতমদগী নোংমগী মনুংদা পুং অমতা ওইরবসু বোনশাই থাবদা কাইথোকপিবা অদু অরেম্বনি খনবিগনু। বোনশাই শেম্নবা হোংনবদা বোনশাই, বোনশাইগী ফোটো অমদি *Picture* য়েংবনা ঐখোয়দা কান্নবা য়াম্না ফংই।

# ৪
# "বোনশাইগী পাম্বী করম্না লৌগদগে"

বোনশাই অমা শেম্নবগীদমক্তা পাম্বী হায়বসি চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎশক অমনি। পাম্বী ফংনবগী লম্বীশিংদি (*i*) পাম্বীগী মরু লংহুনা চারা লৌবা (*ii*) পাম্বী অমদগী মশা ককতুনা *Cutting* লৈবাক্তা নৎত্রগা লৈঙোইদা য়ু্হুনা চারা লৌবা। (*iii*) *Layering* তৌবা হায়বদি পাম্বী অমগী মশাদু ককথংতনা শরুক খরা হিদোকুনা লৈঙোই নৎত্রগা ইশংনা য়োমশিন্দুনা মরা তাহল্লগা চারা লৌবা অমা। অরোইবদা লমহাং তুগাং, চীং মান চত্তুনা পাম্বী অমদি চারা খোম্বা অসিনি। অকোনবগী চারা খোম্বা অসিবু ঐখোয়না *Bonsai tour* হায়নসু খংনৈ।

মথক্তা পনজখিবা অসিগী মতাংদা পনজনিংবা অমত্তনা মক্লগী চারা লৌরগা শেম্বা বোনশাইদি ঐখোয়না শেমনিংবা মওংদা শেম্বা য়াই অমসুং মরা অমদি মক্লগী শরুক য়াম্না ফজবা, চাওবা হেল্লি। Cutting অমসুং Layering দগী কংবা পাম্বীগী বোনশাইগী মরাগী শরুক ফজবা রাংলি। বোনশাই অমা হায়বসি পাম্বী অতুগী মরা, মক্ক অতু উহনবা য়াম্না দরকার ওই। Bonsai Tour দা ফংলকপা পাম্বীদি মী মীতুগী লাইবক ফবা অমসুং ফত্তবদা লৈরে লোয়ননা শেম্বা হৈবা হৈতবগী মথাক্তু পোল্লি। বোনশাই থাবশিংগী ওইনদি Bonsai tour অসি য়াম্না মক্ক ওই হায়জনিংই।

৫

## " বোনশাই করম্বা পাত্রদা থাগদগে"

ঐখোয়না বোনশাই থাগদোম্লিবা পাত্র অসি ফজবা মথলগী অমদি অনানবা মথলগী পাত্র ওইগদবনি। পাত্র অসিম্তু বোনশাই অমগী চাওরবা মিংয়েংফম অমা ওইরিবনি। পাত্র অসিগী পাক চাউবদি পাম্বী পাম্বী অতুগী মথা পোনবনি অতুমকপু বোনশাই পাম্বী অতুগী পাক চাউবদগী পাত্রনা থরা পিকলপ তৌবনা বোনশাইগী ফজবা মশক থোকপা হেল্লি। পাত্রগী মওংদি Round, oval, square, Reotangle অমসুং Irregular shape ওইবা য়াই। হায়রিবা পাত্র অসিগী অবাংবদি পাম্বী পাম্বীগী মতুং ইন্না ইঞ্চি ১ দগী ইঞ্চি ৩ ফাওবা অমদি হেন্না রাংবা য়াই। Porous ওইবা পাত্রদা থাবনা পাম্বীগী মশা ফবা হেল্লি হায়বনিময়াম্না কাউবিরোইদবনি। ( Porous-ঈশিং মনিল্লনা লাইনা ফাওদুনা চংপা ঙম্বা লৈবাক্লা শাবা পাত্র )

## ৬

## " বোনশাই পাম্বী অমবু করম্না অহানবদা থাগদগে"

বোনশাই ওইগদৌরিবা পাম্বী অদু ঐখোয়না অহানবদা অথেনবা মনিং পাকলপ তৌবা কাহেন্না পিক্তবা পাত্র অমদা নিংথিনা লৈপাক লৈহাও হাপলগা থাবিগনি। হায়রিবা মওং অসিদা য়ামত্র-বদা চহি অনীমুক য়োক্নুনা থাবিগদবনি। অসুম্না য়োক্নবা পাম্বী অদুগী শওং শাদা অমদি মরুওইনা মরাগী শক্তম য়েংবদা অতৈ পাম্বী, অচৌবা পাত্রদা য়োকপদগী খোয়দোক হেন্দোকপা মওং অমা শোইদনা উবা ফংখিগনি। মতুংদি অথেনবা পাত্রদা হৌবা পাম্বী অয়াম্বনা পাম্বী অদুগী মরু ওইরিবা মরা ( *Tap Root* ) অদু য়ুংনা চংথিবগী মহুত্তা পাত্র অদুগী মথা থংবা শরুক্তা পাকতক্কনা চংত্নুনা ফজবা মওং অমা শেম্বদা মতেং য়াম্না ওই। হায়রিবা *tap root* অসিদগী লোংথোরকপা মরাশিং অদু ফাওবদা পৌরপ তৌনা লৈরম্বা থেংনবিগনি। মসিনি অহানবদা অথেনবা পাত্রদা থাবগী কান্নবা হায়রবু। বোনশাই অমা ওইবা তারবদি মরু, মরা অদু উংপা দরকার য়াম্না ওই মরম অদুনা মরা ফজনবা য়োকপা হায়বসি য়াম্না মরু ওই। অসুম্না অহানবদা মরাগী শরুক নিংথিনা য়োক্নবা পাম্বী অদু হৌজিক্তী মশা মরেং ফজনবগীদমক্তা থরা হেন্না চাউবা পাত্র অমদা লৈপাক লৈহাও হাপতুনা অমুক অতোপ্পা চহি

অনি নত্রগা অহূমদি য়োকপিবা তারে। অস্থুন্না য়োক্লীবা মতম অসিদগী বোনশাই অমগী ওইহননিংবা মওং অদু শেম্বী শাবিবা হৌবা য়ারে। মথক্তা পনজখ্রিবা পাম্বীগী খুথা অসি পাম্বী অদুগী চাউবা অমসুং চাউদবগী মতুং ইন্না অমুক হন্না থাবিদুনা পাম্বী য়োকপিবদা থোয়দোকপা অকাইবা লৈতে। অস্থুন্না য়োকলবা পাম্বী অদুবু অরোইবা ওইনা বোনশাইগী পাত্রদা থাবিদুনা চহি ৩।৪ মুক য়োক-পিরবদি বোনশাইগী ফিভম অদুমক উবিবা ঙমলগনি নিংজে। বোন-শাই অমা শেম্বদা মসিদা লোইরে হায়বগী থোইদোকপা অকক্পবা মতম লৈতে। পাম্বী অদুনা অদুক্কী মতিক শাংনা পুন্সিরিবা মথৈ ঐখোয়না শেম্বী শাবিগদবনি।

## ৭

## " বোনশাই অমদা শীজিন্নগদবা লৈপাক লৈহাও "

করিগুম্বা পাম্বী অমবু ফহনগে নত্রগা শিহনলগে হায়বসি ঐখোয়না পাম্বী অদু থাবদা শীজিন্নরিবা লৈপাক লৈহাও ( *Soil* ) অদুদা লৈরে। মরম অদুমা পাম্বী মথল খুদিংগী চপ চাবা *soil* অদু খংবা ঙমদ্রগসু চাওরাকপা পাম্বী অমনা হৌবা ঙমগদবা *soil* অদুদি ঐখোয় পুম্নমক্না খংবা য়াম্না দরকার ওই। বোনশাইগী ওইনা *soil* অসি খরদং পনজবা তারবদা কা হেন্না লৈঙোইগী শরুক ওই-দবা, মুংজেংগী শরুক খরা হন্থবা, *peat soil* গী শরুক য়ানলবা লৈপাক অমদি মৈতাল—চেককুপ অসিনচিংরনি। লৈঙোইগী শরুক্না হেনলগসু পাম্বীগী মশা ফবা রাৎপদা নত্তনা য়াম্না শাবা মতমদা

ঈশীং কংখিত্নুা শাগৎপদগী পাম্বী শিমবগী মরম অমা ওইহল্লি। লৈহাও চেল্লি হায়দুনা *peat soil* কৈদৌনুংদসু হেন্না হাপ্লিরোই-দবনি। মসিনা বোনশাই পাম্বীগী মমাশিংবু পাক চাউবা হেনগৎ-ন্দুনা মশক মওং থিহল্লি অমসুং করিগুম্বা মতমদা মরা পুমহন্দুনা পাম্বী মশা শোকহল্লি। মরম অদুনা বোনশাইগীদমক্তদি লৈভোই খরা, *peat soil* খরা, চেককুপ, মৈতাল খরা, অমসুং *Bone Meal* খরা য়ানশিনবিদুনা তোংখায়বিরগা শীজিন্নবিবা ফে। লৈভোইগী শরুক অসিনা *soil porousity* লৈহল্লি, *peat* কী শরুক্তা লৈহাও চেনহল্লি, মৈতাল অমদি চেক মকুপ্পা *soil* অপুম্ববু ইংহল্লি অমসুং ঈশীং হেনলবা মতমদা মখোয়না চুপশিন্দুনা ঈশীংগী শরুক *Reserve* তৌদুনা থমই অমদি ঈশীং হ্রাংলবা মতমদা *soil* না ঈশীংগী শরুক অদু চিংথোকতুনা পাম্বীবু শিদনবগী মচাক অমসু ওইহল্লি। অদুগা *Bone Meal* অসিদি বোনশাই পাম্বীদতা শিজিন-নবা নত্তনা গমলাদা থাবা পাম্বী খুদিংদা চমচ ৩।৪ হাপকদবনি। *Bone meal* না লৈপাক মনুংদা লৈপ্রগা লৈপাক্কী লৈহাও মাংহন্দে অমসুং নাইট্রোজেনিওস *Gas* থোরকুনা পাম্বীবু মশা ফহল্লি। মতাং অসিদা য়াম্না মরু ওইবা অমনা বোনশাই গমলা মনুংদা ঈশীং তুংদুনা লৈতনবগীদমক্তা ইহান হান্না মথাগী শরুক্তা মৈতাল চেককুপনা মরোল অমা হাপ্পীবা ফে।

অদুবু ঐহাক্না লাইরিক খরদা থেংনজখিবদি, অমুক্না মচল কয়া তিমশিন্নগ্রবা বোনশাই পাম্বী অদু থাবদা শীজিন্নগদৌরিবা লৈপাক অদু অকুং অরল মান্নদবা জালিদা মথং মথং নিকথোকপিদুনা থমগা খাইদগী পোবা মখলদুনা মথাগী শরুক্তা হাপ্লিবা, খরা হুম্না পোৎবা অম্না পাত্রগী মরাই থংবা শরুক্তা থম্নগা ইরোই লোইবদা হেন্না

কুপ্পবা : শরুক অতু হাপ্লিগদবনি হায়না থেংমজখি। ঐখোয়না কাউ-রোইদবা অমনা বোনশাই অমবু থাবা পুংলোই লোইরবা মতুংদা মথক্তা পাৎপল্লা লৈঙোইগী লৈরোল অমা হাপ্লিগদবনি। মসিনা ইশং হৌরকপা য়াবগী অমদি ইশং থাবা য়াবগী থৃদোংচাবা অতু ফংবিগনি।

## ৮

## "বোনশাই অমগী মওং করম্না শেম্বী শাবীগদগে"

মথক্তা পনজখিবা হিরম পুম্নমক নীংথিনা থংবিরগস্থ পাম্বী অমবু বোনশাই অমা ওইনা পুথোক্কদোরিবা অসি মহাক্কী শেম্বী শাবীবা অসিদা লৈরে। মসিবু ঐখোয়না *Training/trimming* তৌবা হায়নস্থ খঙনৈ। ঐখোয়না হান্না থংগ্রে মতুদি বোনশাইদা ***Small, Medium,*** অমস্থং ***Large*** মখল অহুম লৈ হায়রসি। হায়রিবা মখলশিং অসি পীক্লবস্থ পীক্লা চাওরবস্থ চাউনা পাম্বী অতুগী মহৌশাগী ওইবা ফীরেপ অমা তাননবা হোৎনবা হায়বসে বোনশাইগী থোইদোকপা গুণ অমনি। বোনশাই অমগী শাওং শাদা শেম্বী শাবীবসি মথক্কী পরা ৬শুবদা পনজখিবা পাম্বীনা অহানবা অমস্থং অনিশুবা পাত্রদা লৈরিঙৈ মতমদগী অতুমক হৌবিবা য়ারবনি। শম্না হায়রবদা পাম্বীনা চহি ২ মুক শুরকপা মতমদগী শেম্বী শাবিবা হৌবিবনা ঐখোয়দা থুদোং চাবা হেল্লী। পাম্বীনা হেল্লা চাউথ্রগা অমদি লিগ্রগা বোনশাই অমা ওইননবা হোৎনবদা ঐখোয়দা অমদি পাম্বীদা অরাবা অমা ওইহল্লি। পাম্বী অমবু বোনশাই ওইনবা শেম্বীরা হৌবা ওইনা পাম্বী অতুগী মউ অতু হায়ফেৎ কোনবীবা—ফজগদবা

মওং য়েংবিদুনা অমুক পৈথরা নত্রগা যুংখৎপিগনবনি। মউত্তা নত্তুনা মশা মরেংশিংবুসু ঐখোয়না কোন্থবিদুনা অমদি চিংথরিদুনা মহৌশাদগী হৌরম্নবা প্লান্ট অমগী শরুক মাল্লবা হোৎনবীগদবনি। পান্টগী মশা য়োকপগী মতাংদা ময়াম্না কাউরিরোইদরদি অহানবা অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা মশা অসি বোনশাই অমগী মীৎয়েংফমসু ওইগদৌরিবা খাইদগী মরু ওইবা মশাশিংনি। অহানবগী অমসুং অনিশুবগী মশা অনি অসি ওন্ন-তৈননা হায়বদি য়েৎ-ওই নত্রগা ওই-য়েৎ অসুম্না থম্নীগনি। হায়রিবা মশা অনী অসিগী অরোইবা মতোলশিং অহু মাংলোমদা হায়রপ পুশিনবীবসু বোনশাই অমগী মশক থোগৎহল্লি। অতুগা অহুমশুবা মশা অসিদি পুরানা মতুং থংবা শরুক্তা য়োকপিবা তারে। মসিবু ঐখোয়না বোনশাই অতুগী ***Background*** নত্রগা ***Shading*** প্রীবা হায়নসু থংনৈ। কনাগুম্বা ইচিল ইনাওশিংনা অহুমশুবা মশা অসি লোংলমদে হায়দুনা নমদুনা মশা অমবু থেক্তুনা পুবিরোইদবনি। মসিগী মহুত্তা অহানবা নৎত্রগা অনিশুবা মশাদগী অহেনবা লোংথোরকপা মশাশিংনা মতুংলোমদা পুথোকপিখিদুনা ***Shading*** হাপ্লিনবা হোৎনগদবনি। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা অমনা বোনশাই পান্ট অতুগী মাংলোমদা লোংলকপা মশাশিংদি য়ারিবমখৈ লৌথোকপীবা কৈ। হায়রিবা মশা অসিনা ঐখোয়গী মিৎয়েংফম ওইগদৌরিবা নিংথিজনা য়োক্লবা মউগী শরুক অমদি মশাশিংগী শরুক লুমশিন্দুনা বোনশাইগী ফজবা মাঙ্গহল্লি। ঐহাক্না পনজখিবা মাংলোমগী মশা লৌথোকপা হায়বসি বোনশাইদা অমুক কুপ্পা নৈনরুরগা বোনশাইগী ***style*** অমদি পান্ট মখলতুগী মতুং ইন্না লৌথোকপা য়াদে হায়জনিংই। অসুম্না তুং অমসুং নাক-য়েংকী মশাশিং য়োক্তুনা বোনশাই অমবু ***Triangular shape*** তা

পুন্নরুবা হোৎনবা অসি য়াম্না দরকার ওই। ঐহাক ইশামক বোনশাই খাবা হৌজরকপদা মশা মরেং অমদি মতোলগী শরুক ককফম খণ্ডদনা অমদি পাম্বুবদগী পাম্বী থরম্দি শরেপ ফাখিবস্থু য়াওদবা নত্তে। মরম অত্তুনা ঐখোয়না বোনশাইগী মরমদা খরা খণ্ড-হৈন্নবা মীওই অমগা তান্নবা দরকার ওই নৎত্রগা বোনশাইগী *Photograph, Picture* য়েংত্তুনা মতৌতম্বা দরকার ওই।

## ৭

## "বোনশাইদা করম্না তরা য়েৎত্তুনা মওং শেম্বীগদগে"

বোনশাই পাম্বী অমগী মউ অমদি মশাশিং থেকনিংবা, কোম্লিংবা অমদি শেমনিংবা মওংদা শেম্নবা হোৎনবদা মউদা অমদি মশাদা তারা য়েংপিত্তুনা শেম্বা অসি য়াম্না দরকার ওই। মসিদা শিজিন্নবিগদবা তারাগী মথলদি *Copper* নত্রগা *Alluminium* গী তারা ওইগদবনি। মসি নত্তবা মথলগী তারা শিজিন্নবিবা তারগস্থু কোহ্লিং কারোইদবা মথলগী তারা য়েংত্তুনা শিজিন্নবিগদবনি। হায়রিবা তারা অসিনা কোহ্লিং কারগদি পাম্বীগী মকুগী শরুক অত্থু চাথৎত্তুনা মাণ্ডহল্লি অমস্থং মশক থিহল্লি। পাম্বী চাউবা পীকপগী মতুং ইন্না তারাগী চাউবগী চাংস্থু খেন্নহনবিগদবনি। তারা য়েৎপীবা মতমদা য়াম্না চিন্না অমদি কোম্না য়েৎপিরোইদবনি। চিন্না নৎত্রগা কোমনা য়েৎপিরগদি ঐখোয়না শেমনিংবা মওং অত্থু শেম্বদা খুদোংচাবা বাংকনি। তারা য়েৎপগী নিয়ম অমা ওইনা হায়জবা তারবদা তারা অমনা অস্থুম য়েৎলকপদা অনিগী অরাওবা (*Gap*) অসিস্থু পাম্বী

অহুগী অচৌবা অমদি মচাগী মতুং ইন্না ইঞ্চি ১ নৎত্রগা ইঞ্চি মখায়গী মন্নুংদা য়েৎপিবা ফৈ। অসুম্না তারা য়েৎলবা মউ নত্রগা মশাশিংছু নোংম নোংমগী শেমনিংবা মওং অহুদা তপ্পা তপ্পা শেম্বীবা হৌবা য়ারে। মওং শেম্নবা বোনশাইগী পাম্বী অহু তারা য়াওনা য়ামদ্রবদা থা ৮ দগী ১২ ফাওবা থম্বীবদা থোইদোকপা অকাইবা লৈতে। ছায়রিবা মতম অসিগী মন্নুংদা অদোমগী অপাম্বা মওং অহু ফংদ্রগদি অমুক হন্না তারা য়েৎপীহুনা মওং শেম্বীবদা অকায়বা লৈতে। অহুগা তারা য়েৎশিন্দুনা চহি ১/৩ খক থম্বীরোইদবনি। পাম্বীনা নোংম নোংমগী চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না তারাগী মমি অহু তশেং তশেংনা উরগস্তু নিংবা কাইবা লাকনি। ঐখোয়না শেমগ্রবা মওং অহু কায়দনবা তারা লৌথোকপিবা মতমদা *Cutter* অমনা নিংথিনা ককপিহুনা লৌথোকপিগদবনি।

## ১০

## "বোনশাই গমলা নৎত্রগা লৈবাক করম্না শিনবিগনি"

পাম্বীনা চাউখৎলকপা অমদি মপুং মরৈ ফারকপগী মতুং ইন্না ঐখোয়না পাম্বী অহুগী লৈবাক লৈহাও অমদি গমলা পাত্র অহু শিনদোকপীবা দরকার ওই। লৈবাক লৈহাও য়াওদ্রবদি পাম্বী হিংবা ঙমদে হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্না খৎনরবা রাফমনি।। নৌরিবা বোনশাই পাম্বী অমগীদমক্তদি চহি অমগী মন্নুংদা লৈহাও অনিরক শিনবিবদা করিস্তু অকাইবা লৈতে। অহুগা মপুং মরৈ ফারবা পাম্বী অমদি পাম্বী মখলগী মতুং ইন্না লৈবাক লৈহাও চহি অমদা মত্রগা অনিদা নত্রগস্তু অহুমদা শিনবিবদা থোয়দোকপা অকাইবা লৈতে।

লৈবাক লৈহাও শিনবিবগী খ্বায়দগী চাহ্নবা মতমদি *March April* দগী থেংনবদা *September* ফাওবগী মনুংদা তৌবিবা কৈ। লৈহাও শিনবিগে নিংবিব্রিবা পাম্বী অত্থুগী হান্নগী লৈবাক লৈহাও অত্থু থরা কংলপ্পা থম্বিরগদি পাম্বী অত্থু পাত্র অত্থুদগী ইরাই লাইনা লৌথোকপা য়াগনি। অস্থুম্না পাত্র-দগী লৌথোকপিরবা বোনশাইগী পাম্বী অত্থু লৈব ক্তা পোপ পোপ থাত্থুনা লৈহাও য়াওব্রবা লৈবাক অত্থু য়ারিবা মখৈ লৌথোকপিবা কৈ। মসিগী মতুংদা পাম্বী অত্থুগী মরাগী ফিভম নিংথিনা থংবা ঙমলগনি অনম্নুং কা হেন্না শাংলবা মরাগী শরুক অত্থু অথৌবা কাতি অমগী মতেংনা ককথৎ-পিগদবনি। মথংদা ঐথোয়না নিংথিজনা চামথোকলবা অমোৎ-অকায় পকত্রবা পাত্র অত্থুদা নিংথিনা শেমলবা লৈবাক লৈহাও হাপ্লিত্থুনা বোনশাইগী পাম্বী অত্থু অমুক ফিভম মূর্ত্তি নিংথিনা য়েংবিরগা থাবিবা য়ারে। হাপ্লিগদৌরিবা লৈবাক অত্থু কা হেন্না চোৎপা অমদি কংবা ওইরোইদবনি। অস্থুম্না থাবিবা মতমদা ককথিবা মরাগী মতোলশিং অত্থু লৈবাক মনুংদা নিংথিজনা লৈহনবিগদবনি লোইননা পাম্বী অত্থুগী অকোইবদা পেনসিলগুম্বা মত্তোন তুমলপ তৌবা চৈ মতেক অমনা চক চক থিনবিত্থুনা চাইথোকতুনা লৈথ্রবা মরাশিং অত্থুগী মরক্তা লৈবাক লৈহাও অত্থু চংহনবিগদবনি, লোইননা পাত্র অত্থুগী অকোয়বত্থুদা থুবিনা হায়ফেৎ হায়ফেত্তং নমবিগদবনি। নিংশিংবিবা য়াই হান্নন পনজগ্রবা পাত্র মনুংদা ঈশীং তুংদনবা ঈশীংনা ইরাই লাইনা চেম্থোকপা ভমথিনবা মৈতাল অমদি চেককুপ মরোল মচা অমত্তং হাপ্লিগদবনি। অস্থুম্না চেকশিন্না থাবিরবা বোনশাইগী পাম্বী অত্থু থুনমক থুদেং অমদা থম্বীরগা পুখ্রিগী নক্তগা নোংগী ঈশীং পুদেংদা তপ্না (গমলা) পাত্র অত্থুগী তংথাই ফাওবগী চাংদা হৈবিত্থুনা মিনিট অমত্তংদি ত্তিংবিগদবনি। মসিগী মতুংদা মিনিট ১০/২০ গী মনুংদা চোৎহোদবা মথক্কী লৈয়োল অত্থু তপ্না তপ্না চোৎলকপা উবিগনি। অস্থুম্না থাবতা ভাইরিবা

লৈবাক লৈহাও অদু চাং মাম্না চোংহন্দুনা ইংহনবা দরকার ওই। কা হেন্না চোংখিবা থোকলগদি লৈবাক লৈহাও অদু কনশিনখিবা হেল্লি অমদি *Porosity* গী চাং য়াম্না হন্থহল্লি। ঐখোয়না মরা ককখিবা অদুনা মরম ওইদুনা বোনশাই পাম্বী অদু হান্নগী মতোংগুম তগং তগং তেক্তুনা লৈগনি হায়বসি থাজনিঙাই ওইদবা মরম্না পাম্বী অদুদা পানলিবা মনাশিং অদু তংখাই নংত্রগা মতোলগী শরুকশিংদা মনা খরদমক থাকলগা পুম্নমক ককথংপিদুনা চয়োল অমদি উরুমদা থম্বীগদবনি। মসিগী মথংদা অয়ুক্কী নুংশাদমক ফংবা মফম অমা য়েংলগা চয়োল অমা নংত্রগা অনিমুক থম্বীরমলগা পুরা নুংশাদা থম্বীদুনা বোনশাইগী পাম্বী অদু অমূক ইনৌ নৌনা য়োকথংপি-গদবনি। করিগুম্বা বোনশাইগী পাম্বী অদুনা মতম চুপ্পদা মনা কেনগনদবা *Evergreen* পাম্বী ওইরগদি কৈদৌনুংদসু মনা ককপি-রোইদবনি। করিগুম্বা ককলুবা তারগদি পাম্বী অদু শিবগী চাংনা হেন্না লৈগনি নংত্রগসু মশা মরেং কংশিন্দুনা বোনশাইগী ফজবা য়াম্না মাংনিঙাই ওইগনি। কাউবিরোইদবা অমনা বোনশাইগী লৈবাক লৈহাও শিনবা খুদিংগী পাম্বী অদুগী মরা ককপিদবনি। অদুম্নদি ওইরগা মপুং মরৈ নিংথিনা ফারবা বোনশাই অমগী ওইনদি অপুম্বা অমদি অশোকপা মরা নত্তুনা অতোপ্পা মরা কা হেন্না ককপিরোই-দবনি। মরমদি মরানা মশা লোংথোরক্তুনা পাম্বী অদু হেন্না চাউ-খংলকপগী খুদোংচাবা লৈ।

করিগুম্বা পাম্বী অদুনা মহৈয়ানবা অমদি লৈ নিংথিনা শাংকদবা পাম্বী ওইরগদি ঐখোয়না চহি খুদিংগী লৈহাও শিনবিবগা লোইননা অরিবা মরাশিংদু ককপিবা কাউরোইদবনি। খংজনবিগদবা অমনা বোনশাই পাত্র মনুংদা তিনথোক্লাক লৈরবদি লৈবাক লৈহাও চাথোকই

অমসুং মহাক্কী মথীনা লৈবাক অতু হেন্না কনহল্লি। মরম অতুনা লৈবাক লৈহাও কিলো: অমদা চমচ তংখায়গী চাংদা *BHC* তোং-পিত্নুনা বোনশাই থাবিগদবনি।

## ১২

## "বোনশাই পাম্বী অমবু করম্বা মফমদা থম্বীগদগে'

ঐখোয়না মতম চংনা অমদি য়াম্না রানা য়োকখৎচরকলবা বোনশাই পাম্বী অমবু মফম চানা থম্বীবা হায়বসি ঐখোয়গী য়াম্না মরু ওইরবা ইথৌ অমনি হায়না লৌগদবনি। থমফম চাদনা থম্বদগী মমল নাইত্রবা বোনশাই অমবু তরাই তরাই মাংহ-বা চুমদে।

বোনশাই অমবু মশা মউ ফনা লৈহননবগীদমক্তা মীওইবা অমগী মতৌগুম্না অশেংবা মুংশিং মুংশা ফংবা মফমদা থম্বীগদবনি। বোন-শাই খুদিংমক অয়ুক্কী মুংশা নিংথিজনা ফংগদবা মফমদা থম্বীগদবনি। অতুগা কা হেন্না শাবা মুংশাগী মৈশান বোনশাই পাম্বীগী মনাশিং চাকথেক্লুনা মচি মচিদা কংশিনলক্লুনা মনাগী ফজবা মাংহবসু য়াওদবা নত্তে। হায়রিবা অকনবা মুংশাগী মৈশা অসিদগী বোনশাইশিংবু ঙাকথোক্লবা ঐখোয়না অকুপ্পা তারানা লোনবা জালি নত্রগা প্লাসতিক্কী জালি মুংশা মঙান ফাওত্নুনা চৎপা ঙম্বনা খনবীগদবনি। অসুম্না জালিনা খনবীবা অসিনা কাহেন্না কম্না চুবা নোং অমদি হেন্না ইংবা উনদগীসু বোন-শাইবু কনবা ঙমই। বোনশাইবু ঐখোয়না য়েংজবদা হেন্না মুংঙাইনবা অমদি ফজনবা রেক (শগাই) শাত্নুনা মতুগী মথক্তা থম্বীগদবনি। শগাইশিং অতু য়াময্রবদা ফুট অহুমদগী অহুম মথায় ফাওবা

বাংহনবা য়াই। অমুম্না থম্বীবা মতমদা অমগা অমগা য়াম্না নম্না থম্বীরোইদবনি অমস্তুং পাম্বী অমগী মকুম পাম্বী অমদা আহনজোই-দবনি। ঐখোয়না ম্নারিবা মথৈ বোনশাইবু লৈহাও চন্নবা লৈবাক্তা থম্বীরোইদবনি।

মকুওইনা উচান অমস্তুং জুনিপরস কাংবুগী পাম্বীশিংদি মুংশাদা অতুমক থম্না থোয়দোকপা অকাইবা মশা শোকপা ওইরোই। মখোয়দি অশাবা পাম্বা মখলগী পাম্বীনি। অতুগা নিংথমগী মতমদা মনা কেনগনবা মখলগী পাম্বীশিংদি হায়ফেৎ উরুম ওইবা মফমদা থনবিরবস্তু ফৈ। অতুমকপু য়াম্না ইংবা অমদি য়াম্না উরুম ওইবা মফমদা থমলগদি প ম্বীগী মনা পাকথোরক্কনি অমদি মতাং কা হেন্না শাংদে'রক্কনা বোনশাইগী মশক মাওহম্নবগী মরম অমা ওইহল্লি। নৌনা থাদোকপদা ঙাইরিবা বোনশাই পাম্বীশিংবু অকনবা মুংশিং, অকনবা মুংশা অমদি অইংবা উনদগী ঙাকথোকপা য়াবা মফমদা থম্বীগদবনি।

## ১৩

## " বোনশাইবু করম্না ঈশীং চাইবিগনি "

লৈবাক্তা হোৌবা উ পাম্বী অমবু কনানস্তু ঈশীং চাইরিক্তদে হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক্না খংনরবা ঙাক্কনি। অদুগা বোনশাই অমা ওইনা থারিবা উ পাম্বী অসিনা ওইরিবা মওং মতৌ অমদি পাম্বীগী ফিভমস্তু ঐখোয় পুম্নমক্না খংনরবা ঙাক্কনি। মসিদা ঐখোয়না বোন-শাই অমবু য়োকপিরগা ঈশীং চাইবিব্বদগী মাওখিবা হায়বসি ঐখোয়

ইশাগী অচৌবা অমাঙবা অমনি হায়জনিংই। মরম অদুনা বোনশাই অমা লৈবা তারবদি ঈশীং চাইবা কাউবিরোইদবনি। ঐখোয়না বোনশাই অমবু য়াম্না .চাং চোং লাওনা অমদি কাহেন্না কংনা খক থম্বীরোইদবনি। বোনশাইগী লৈবাক লৈহাও অদু কা হেন্না চোং-লগস্ু পাম্বী অদুগী মরা পুমখিদুনা পাম্বী অদু শিবা য়াবগী মরম অমা ওইহল্লি অমসুং কা হেন্না মুংশাগী মৈশানা কংখিবদগী মরাস্ু কংখিদুনা পাম্বীগী পুন্সি তেনহল্লি। মরম অদুনা বোনশাইগী লৈবাক লৈহাও অদু য়াম্নস্ু চোংতবা অদুগা য়াম্নস্ু কংদবা ঈশীং মনিন নিংথিনা লৈবগী ফিভমদা থম্বীদুনা শিদনবা য়োকপিগদবনি। বোন-শাইবু ঐখোয়না ঈশীংনা য়োকপা পাম্বী অমনি হায়বা য়ারবনি। বোনশাই পাম্বী অমনা বসন্ত মতম য়ৌরকপগা লোইননা নৌনা য়েনিং হুন্দুনা নিংথিনা হৌরকপা মতম অদুদদি ঈশীং চাইবা কাউবিবা য়াদ্রে। অসিগুম্বা মতম অসিদা ঈশীং নিংথিনা চায়বিহৌদ্রবদি মনা খুয়জিন্দুনা পাম্বীবু চাওদম খিহল্লি।

বোনশাইবু ঈশীং চাইবিবগী মতাংদা মতম মতমগী অহং অশা অমদি হবা মুংশিংকী মখা য়াম্না পোল্লি। মরম অদুনা বসন্ত হৌগং-লকপা অমদি নাকেন্থাগী মতমদা ঐখোয়না বোনশাইবু ঈশীং নোংমদা অমুকতমক চাইবিরবস্ু য়ারি, তৌবগীদি অয়ুক্তা লিক্লা চামথোকপা ওইনা চাইবিবনা গেন্না ফৈ। মরু ওইনা নাকেন্থাগী মতমদা অমদি নিংথমথাগী মতমদা ঐখোয়না মুংথিল মুমিদাং রাইরমদা ঈশীং খক চাইবিরোইদবনি। মসিনা অহিংগী অইংবা মুংশিংকা থেংনরুবদগী উনগী মতৌগুম ফমজিনখিদুনা পাম্বী মশা য়াম্না শোকহল্লি অমসুং হাংপা য়াওই। হায়রিবা মওং অসিদি য়াম্না কা হেন্না ইংবা লম থরতগী রানি। ঐখোয়গী মনিপুরগী অইং অশাগী চাং অসিদদি থোয়দোক্লা

য়ানিঙাই ওইদে। অতুগা কালেনথাগী য়াম্না শাবা মতমদদি বোনশাই পাম্বীশিংবু নোংমদা ঈশীং অনিয়ক্তগী তাদনা চাইবিগদবনি। ঐখোয়না কাউরোইদবা অমনা মুংশা কম্না শারিঙৈদা ঈশীং খক চাইবিরোইদবনি, ঈশীংনা পাম্বীগী মনাদা তাগ্রগা করিগুম্বা মতমদা মনা শোকহনবা য়াই ঈশীং চাইবিবা মতমদা ঐখোয়না য়োক্লনা থমহোৱবা নোংগী ঈশীং নত্রগা পুখ্রিগী ঈশীংনা য়ারিবা মখৈ চাইবিগদবনি। মরক মরক্তা শাফু কনলবা পেরে শিজিন্নবিতুনা বোনশাই পাম্বীগী মনাদা পকপা অমোৎ অকায় চামথোকপিবা ফৈ। ঐখোয়না তোটিগী ঈশীং শিজিন্নবা তারগদি মমাই পাকপা পাত্র অমদা হাপলগা মুংশাদা থম্বীরগা খুৎনা ওৎখায়বিতুনা তোটি ঈশীংদা য়াওরম্বা গ্যাসকী শরুকশিংতু লোথোকপিরবা মতুংদা শিজিন্নবিগদবনি।

অখং অহৈশিংগী লাইরিকশিংদা অস্তুম্না ইরি হায়রি মতুদি করিগুম্বা পাম্বী অমদা ঐখোয়না ঈশীং চাইবিবা মতমদা পেরে *spray* শিজিন্নবিতুনা পাম্বীদগী খরা লাপতক্লা নত্রগা মথক্তগী ঈশীং চাইথবিবনা পাম্বীগী মশা ফবা হেল্লি। মরমদি ঈশীংগী মরিক্লা মুংশিকী শরুক্কা থেংননা লাকপা মতমদা মুংশিত্তা য়াওরিবা *Nitrogen* গী শরুক খরদি ঈশীংদা তিনথি। হায়রিবা মরম অসিদগী ঈশীংদা *Nitrogen* গী চাং হেন্না য়াওবা মরম্না পাম্বীগী মশা ফহল্লি।

## ১৪

## "বোনশাইগী মখোংদা ইশং করম্বা থাগদগে'

বোনশাই হৌরিবা পাত্র অদুগী মমাই অপুম্বা ইশং থাব। নত্রগা হৌহনবা হায়বসি বোনশাই অমা থাবগী চৎনবী অমা ওইনা লৌবা য়াই হায়বদা থোইদোক্না লানদবরা হায়না পনজনিংই। বোনশাইগী পাম্বী হৌগ্রগা লৈহৌরিবা লৈবাক-লৈহাওগী অয়াম্বা শরুক অদু ইশং থাবিদুনা হৌহনবিরগদি লৈবাক্কী অমোৎপা মানলবা মমাই অদু ইশংনা শংনা খুমখিদুনা হৌরিবা বোনশাই পাম্বী অদুগী মশক খোগংহল্লি। ইশং-হৌহনবগী কান্নবা অমতং পনজবা তারবদা ঐখোয়না ঈশীং চাইবা মতমদা অমদি অকনবা নোংগী শাফুনা লৈবাক লৈহাও চামথোকতুনা মাংহনবদগী ঙাকথোকপা থরা মখোদি ঙমগনি। হায়রিবা ১রম থরা অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয় পুম্নমক্না বোনশাইগী মখোংদা ইশং থাবিবা ফৈ।

বোনশাই মখোংদা ইশং থাননবগীদমক্তা ঐখোয়না অইংবা মফমদা নৎত্রগা উরুম লাংবা মফমদা হৌরিবা ইশং অদু মপাক মপাক নৎত্রগা মুংঙাইগদবা মওংদা থোম্বীরুরগা খুবাক অনিগীময়াইদা থরা হাপিদুনা শুরু শুরু নৈথায়বিদুনা মচা থাইনা তাহনবিরবা মতু'দা তুরেল লৈঙোই ফোলিগা হায়ফেৎ তোৎপিরগা বোনশাই পাত্রগী অকোইবদা নিংথিনা চাইবিদুনা ইশং ইরাই লাইনা থাবা য়াই। হায়রিবা মওং অসি নত্তবা ইশং খুথা অমনা থোম্বীরুরিবা ইশং অদু পিকলপ্পা মচেং

মচেং শেগায়খিরগা *forceps* মচিন তুমলপ তৌবা অমনা চপ্তুনা লৈবাক লৈহাও মন্নুংদা ইশংগী মরাগী শরুক অত্থু নমশিনবিত্থুনা থাবিরবস্থু অত্থুমক মাই পাকনি। মসিদা চেকশিনবিগদবা অমনা ইশংগী মখোংদা মরা মরক্তা হৈনজবা অমুবা তিল মখল অমনা নৌনা তাম্নিবা ইশং অত্থুবু মথকলোমদা ইনখৎলক্তুনা থান্নিবা ইশং অত্থু হৌবা ঙমহন্দে। হায়রিবা তিল মখল অসি লৈতনবা ঐখোয়না ইশং থাবা লোইরবা মতুংদা *B.H.C.* খরা পারপ্না ঈশীংদা য়ানখিরগা হপ্তা অমমম কানখিরগা চাইথোকপিগদবনি। অস্তুম তৌত্থুনা ইশং নিংথিনা হৌনবা হোৎনবিগদবনি। মথক্তা পনজখিবা ইশং খুথা অনিমক ঐখোয়না বোনশাই অমবু লৈবাক লৈহাও হেক শিনখিবা লোইবগা ঈশীং চাইবিদ্রিভৈদ। থাবিগদবনি অত্থুগা ঈশীং নিংথিনা চাইবিত্থুনা নত্রগা তিংবিরবা মতুংদা অইংবা মফমদা বোনশাই অত্থু থম্বিগদবনি। অস্তুম তৌত্থুনা বোনশাই মখোংদা ঐখোয়না ইশং থাবিবা য়াই।

## ১৫

## "বোনশাই পাম্বী অমদা করম্না খুৎশেমগী হার অমদি মহৌশাগী ওইবা মখলগী হার শিজিন্নগদগে"

মথক্তা পনজখ্রবা পারাশিংদগী ঐখোয় পুম্নমক্না থংবা য়ারে মত্থুদি বোনশাই হায়বসি অপিকপা পাত্রদা অমদি কা হেল্লা য়ামদবা লৈবাক লৈহাওদা হৌহনবা ময়াই ওইরপ চাউবা অমস্তুং য়াম্না চাউবা মখলগী উ পাম্বী থাবনি। পাম্বী খুদিংমক অমদি অহিংবা জীব পুম্নমক্না হিংনবগীদমক্তা মচিঞ্জাক দরকার ওইবনা মরম ওইত্থুনা বোন-শাই পাম্বী অমবু মশা ফনা হৌবা ঙমজনবগীদমক্তা ঐখোয়না

খুৎশেমগী হার নৎত্রগা মহৌশাগী ওইবা মথলগী হার হাপিবা দরকার ওই। খুৎশেমগী হার খরগী মমিং পনজবা তারবদা *Diammonium Phosphate, Murate of potash and Magnesium sulphate* অসিনচিংবনি। ***Phospherous*** কী শরুক্না বোনশাই পাম্বীগী মউ অমদি মরাগী শরুক ওইরিবা মরূ অদুু চাউহনবদা মতেং ওই। ***potash and Magnesium*** গী শরুক্না মহৈ য়ানহনবদা অমদি লৈ শাৎহনবদা মপুং ফানা থবক তৌই। হায়রিবা মথল খরগী হার অসিদা ***Nitrogen*** গী শরুক চাং নিংথিনা য়াওবা মরম্না ***Urea*** অমূক হন্না হাপিরুবগী থোয়দোক্না মথৌ তাদ্রে। হায়রিবা হারশিং অসি ঐখোয়না ঈশীংদা পারপ্না তুমহনবিরগা মহি ওইনা মখোংদা হৈবিগদবনি। য়ারিবা মথৈ মপং ওইনা খক হাপিরোইদবনি মরমদি হার অসিনা তাপ্রবা মফম অদুদা থেংনরুবা মরা নৎত্রগা মনাক্তা লৈরিবা মরাশিং অদু হারগী ময়াক্না পৎহন্দুনা পাম্বীবু মশা শোকহল্লি। মসিগুম্বা মথলগী হার মহি অদু নিংথমথাগী মতম নত্তনা অতৈ মতমদা থা ২।৩ কান্নবিরগা শিজিনবিরগা কৈ। হায়রিবা খুৎশেমগী হার মথল অসি নৎত্রগস্থ ঐখোয়না নিংথিজনা পুমলবা পৎলবা ঘনথিদা উংকি চাং খরা য়ানশিনবিরগা মহি শেম্বীদুনা য়াম্না পানা হায়বদি ঈশীংগী শরুক হেন্না হাপ্লিদুনা চা অঙাংবগী মচুগুম্না শেম্বীদুনা বোনশাইদা থা ১।২ কানবিরগা অমু মুক হৈবিগদবদনি। খুৎশেমগী হারগী মতৌগুম্না ঐখোয়না নিংথমথাদা হায়রিবা মথল অসিগী মহি অসি বোনশাইদা চাইবিদবা কৈ।

বোনশাই পাম্বীনা মপাল তম্লরুবা অমদি নোংজুথাগী মতমদদি হায়রিবা হার মহি অসি থক চাইবিরোইদবদি। মসিনা মপালগী শরুকশিং অদু কেলহন্দুনা মহৈ নিংথিনা য়ানবা ঙমহন্দে।

# ১৬

# "বোনশাই পাম্বী অমবু অতোপ্পা পাম্বে (ত্রিক) শিজিন্নদুনা করম্বা শেম্বীগদগে ?"

মতৌ করম্না বোনশাই অমা থাগদগে, করম্না চেকশিন থোৱাং লৌগদগে হায়বসি মথক্কী পরাশিংদগী ঐখোয়না থোয়দোক হেন্দোক্ল খংবা য়ারে। মথক্কী পরাশিং অসিদগী অমুক্তা হেন্না থরায় য়াওশিনবিবা তারবদা বোনশাই পাম্বী অমবু হেন্না ফজবা মওং অমা তারক্লবা হোৎনবদা "বোনশাই ত্রিক" হায়বসিস্তু য়াম্না মরুওই হায়না পঙ্গনিংই। বোনশাই ত্রিক অসিদা ঐখোয়না পনবা য়াবা থরদিঃ

(i) বোনশাই পাম্বী অমবু মাগী মউ চাউহনবা হায়বসি দরকার ওইবা মরম্না ঐখোয়না কোরি নত্রগা এলুমিনিয়মগী তারানা মখোংগী শরুক ওইরিবা লৈবাক্তা হেক তাইনবা নত্রগা হেন্না চৎথবা য়াবা মফমদা থরা চিনলপ্পা অনিরক নৎত্রগা অহুমলক য়েৎপিহনা লৈবাক মন্নুংদা চহি ২/৩ দং হেক ফুমহনা থম্বীথিবা মতমদা তোপ তোপ্পা মউগী শক্তম অমদি শোয়দনা উবা ফংবিগনি। য়েৎলিবা তারা অতুগী মথক থংবা শরুক্তগী পকৌরাগী মতৌগুম ফমথরকপা মানবা মওং অতুস্তু থোয়দোক্লা য়েংবদা মুংঙাইবতা নত্তনা পাম্বী অতুগী শওং শাদা হেন্না লিরবা মানহনলি। অস্তুম্না মতুংদা তারা অতু লৌথোক-পিহনা হান্নগী মতৌগুম অমুক হন্না শেমলবা মওং/মউ অতু উথোক্লুনা বোনশাই পাত্রদা থাবিবা য়ারে।

(ii) বোনশাই পাম্বী অমগী মউগী শরুক্তগী নৎত্রগস্থ মশাগী শরুকশিংদগী ( Layoring গী মতৌগুম্না ) পাম্বী মশাদা অতুমক চারা শেম্বীবগী মতৌগুম্না তায়া য়েৎতুনা নৎত্রগা মকুগী শরুক অতু লৌথোকপিরগা ইশং অমস্থং তুরেল লৈঙোই হাপতুং। মরা তাগ্রিবা ফাওবা য়োমহুনা থম্বীরগা হায়রিবা মউগী নৎত্রগা মশাদগী থোরক্লিবা মরাশিংদু নিংথিনা অস্থম অস্থম পুথবিক্তুনা পাম্বীতুনা হৌজরিবা পাত্র অতুদা চংহনখিতুনা বোনশাই পাম্বী অতুবু হেন্না লিরবা শক্তম ওইনা উহনবা য়াই।

(iii) ঐথোয় পুম্নমক্না বোনশাই পাম্বী অমবু ঐথোয় ঐথোয়গী নিংবা থুংবা অমস্থং থুংদবা হায়বসি পাম্বী অতুগী শঙং শাদা অতুগী মথা পোনবনি। অতুবু করিগুম্বা মতমদা ঐথোয়গী রাখলদা পাম্বী অমবু হেন্না মওং তানবা নৎত্রগা ফজনবা খনবদা মশা অমতং নত্রগা মমিৎ অমতং থোরক্লবদি যজনিদা হুংঙাইনিদ হায়বসি খন্দবা নত্তে। তসিগুম্বা মতম অসিদা ঐথোয়না নিংশিংবা য়াবা রাকম অমনা পাম্বী খুদিংমক অপীকপা চারাদগী হৌরকপা ওইরকপা মরম্না মাইকৈ খুদিংদা পাম্বী অতুগী মশা লোংবা য়াবগী মমিৎ লৈ হায়বসি কাউবিরোইদবনি। হায়রিবা মমিৎশিং অতুদগী মশা অমা ওইনা লোংথোরকপা য়াননবা ঐথোয়না পাল্লিবা মমিৎ অতুদগী খুজিল মমাই অমমুক চখৎপিরগা থা মচেৎ শানা পাম্বীগী মকুগী শরুক অতু অথোবা থাং অমনা কক্তুনা লৌথোকপিরগা মতম খরা থম্বীতুনা হায়রিবা মমিৎ অতুদগী ময়োল থোরকপা য়াবগী চাং য়াম্না হেন্না লৈ অমস্থং বোনশাই অমা শেম্বদা মায় পাক্লমি। হায়রিবা মওং অসি নত্তবা অমতংগা পজবা তারবদা বোনশাই ওইরিবা পাম্বী অতুগা মথল মান্নবা অতোপ্পা পাম্বী অমা মনাক্তা পুশিনবিরক্তুনা মকুগী শরুক অতু

থর থর হিদোকপীরগা ( পাম্বী অনিমক্তা ) হিদোক্লবা মমাই অনি অদু ওইশিন্নদুনা অকনবা লং অমসুং থোরিনা কন্না পুন্দুনা নপশিনবিবা য়াই। মসিবু ঐথোয়না Graft তৌবা কৌই।

(iv) বোনশাই ত্রিক অমা ওইনা অমতংগা পঙ্গবা তারবদা ঐথোয়না হৌজিক হৌজিক য়োকচরিবা বোনশাই অমবু হেন্না য়েংবা ফুংঙাইনবা অমসুং হেন্না লিবা মান্ননবা অথোবা মচিল অতুম্বা থাং মচা অমনা মউগী শরুক্তা অমদি মশাগী শরুক্তা ঙসি থরা য়ান, চয়োল অমা লৈরগা অমুক থরা য়ান অম্মম তৌবিরবা মতুংদা য়ানথিবা মফমশিং অদু পাম্বী মশা মতোমতনা অমুক শোগৎচরক্নুনা শোবোম্বী কাবগী মতৌগুম উত্তুনা বোনশাই পাম্বী অদুবু য়াম্না হেন্না লিবগী মওং অমা ওইনা উহল্লি। তৌবগীদি হায়রিবা মওং অসিদি পাম্বীনা নিংথিনা হোবা ঙম্বা মতমদা তৌবিগদবনি। নিংথমথাগী মতম নক্লগা নৌনা থাদোকপদা ঙাইরিবা পাম্বীদা থক তৌবিরোইদবনি।

(v) অথং অহৈশিংনা অম্মমগা হায়বিরি মতুদি বোনশাই পাম্বী অমগী মউগী শরুক অদু হেন্না চাউননবা মথোং ওইরপ্পা খুং ওইনা কন্না পায়বিরগা য়েং থংবা খুং অদুনা লেমহৌরিবা পাম্বীগী শরুক্তা পায়দুনা নাক-য়েং অমদি তুং মাংদা হায়থদুনা নোংমদা ৩।৪ রক নোম্বীদুনা পাম্বী অদুগী উগী শরুক্তা মকুগী শরুক্তা থায়দোক্নুনা থম্বীরগা, পাম্বী মথক্তা মনুংদা হাংজিবা শরুক অদু অমুক শোগৎচরক্নুনা পাম্বী অদুগী মউ অদু নোয় পেনহল্লি।

হায়রিবা মওং অসিদি পাম্বী মথল থয়তদমক তৌবা য়াগনি। মকু হেন্না পাবা উগী শরুক্তা হেন্না য়াওবা পাম্বীদা থক তৌবা য়ারোই।

# ১৭

# "বোনশাই পাম্বী অমগী মশা মরেং করম্না ককপীগদগে"

বোনশাই পাম্বী অমগী মশা, মতোল অমদি মনা ককপিবা হায়রবসি তৌদবা য়াত্রবা য়াম্না মরুওইবা থবক অমনি হায়না এখোয় পুম্নমক্না লৌগদবনি। এখোয়না পাম্মুই হায়রিবা ককপিগদবা মশা, থংপিগদবা মতোল অমসুং লৌথোকফম থোক্লবা মনাশিং লৌথোক-শিন্নগদি বোনশাইগী ফিভম কায়খিদ্রবা বোনশাই ওইরম্বা পাম্বী অমা অতোপ্পা মওং অমা ওইখিবা য়াই। মরম অসিনা মশা মরেং ককপিবা হায়রবসে তারা য়েত্তুনা মওং শেম্বীবা অমদি বোনশাই ত্রিক দগীমু হেন্না মরু ওইরবা থাকম অমনি। মশা মরেং নিংথিনা ককপা হৈরবা মুপা নংত্রগা মুপী অমু এখোয়না বোনশাই হৈরবা মীশক অমনি হায়না লৌবদা থোয়দোক্না লাম্না থোকলোই। অশুম্না মশা মরেং ককথংপিবা অসিবু "প্রুনিং" কৌই। প্রুনিং তৌবা অসিনা মরম ওইদুনা পাম্বীশিংবু নেমশিনহল্লি হায়রবসি এখোয় পুম্নমক্না থংনরবা থাকমনি। থাকম অসিগা মরী লৈননা হায়রবদা বোনশাই হায়বসি য়াম্না থাংবা য়াদবা মরম্না প্রুনিং অসি য়াম্না মরু ওই হায়রিবনি। প্রুনিং তৌবগী মতাং ঙমদদি মী অমনা শেম-জরিবা বোনশাইগী ফোটো, লাই য়েকপা মীওইশিংনা সিনরিদা য়েক-থোকলবা উ পাম্বীগী শকম অমদি লৌবুক লমহাংদা হৌরিবা উ অমসুং থোংনাগী মওংশিং অমু ফাওবা য়াম্না কুপ্না য়েংদুনা এখোয়

ঐখোয়না শেমজরিবা বোনশাই অহুদা পামজরিবা মওং অহু লাক্লবা হোৎনবদা য়াম্না মরু ওই।

হৌজিক ঐখোয়না করম্বা মশা কককদগে হায়বহু অমুক্তং নৈনসি —করিগুম্বা পাম্বী অহুদগী খমত্রাংননা মশা লোংলগদি মরু ওইদবা পামদবা মশা অমা ককথৎপিগদবনি। পাম্বীগী মখোং অমসুং ময়াই-রায়দগী মাংলোমদা লোংলকপা মশাশিং অহুসু ককথৎপিবদা করিসু অকায়বা লৈতে মরমদি হায়রিবা মশা অসিনা বোনশাই অহুগী ফজবা মওং অহু মরুমদা থমখিহুনা মপুং ফাবা বোনশাই অমা ওইহন্দে। ঐখোয়না মশা ককপিবা মতমদা অথৌবা খুৎলাই শিজিন্নবিহুনা অমদি য়াম্না নাননা অমসুং মখোং থেংনা ককপিগদবনি।

বোনশাই য়োকপদা পাম্বী অহুগী মতোল ককপিবা হায়বসিসু য়াম্না মরু ওইবা পারা অমা ওইনা লৌবিগদবনি। পাম্বী অমগী মতোল ককপিবা অসিনা য়াম্না লায়না পাম্বী অহুগী মউ অহুবুসু চাউথোকপদা য়াম্না মতেং পাংই। তোয়না মতোল ককপিত্রবা পাম্বী অহুগী মউ অহু চাউবা থিনলগদবনি। করিগুম্বা পাম্বী অহুগী মতোল থৎপিবা রাৎপদগী মতোলগী শরুক অহুতদা অহুমক লৈহৌ ওইখিহুনা য়াম্না ফজবা য়ারবা মশা মরেংশিংহু চাউবা রাৎহৌবদগী কংখিবা নত্র-গসু ফিভম থিহনবা য়াবগী খুদোংচাবহু ইরাই লাইনা ফংহল্লি। মরম অহুনা বোনশাই পাম্বী অহুগী মরু ওইরিবা মতোলগী শরুক অহু ককথৎপিরবা মতুংদা নাকলগী মশা অমনা হান্নগী মপুং ওইরম্বা মতোল অহুগী মচুৎ শিন্দুনা অমুক য়োকপিগদবনি। অসুম্না মতোল ককপগী থবক অসি পাম্বী মথলগী মতুং ইন্না অমদি ঐখোয়না পামলিবা বোনশাইগী মওং অহুগী মতুং-ইন্না কয়ারক হন্না মতোল ককপিবদা

বোনশাইদা করিস্থ অমাংবা লৈতে হেন্না হেন্না ফজরকপগী লম্বী অমস্থ ওইহল্লি। মতোল হন্না হন্না ককপিবনা পাম্বীগী মশা লোংবা হেন-গৎলকপগা লোয়ননা পাম্বীদুগী মনাস্থ অস্তুম অস্তুম কুপলকই ( পিক-শিনলকই ) হায়বসি ঐখোয়না থংগদবনি। পাম্বী মথল মাল্লদবা মরম্না ঐখোয়না প্রুনিং তৌবা মতমদস্থ খন্না খেন্নবা লৈ। থুদম ওইনা হায়বা তারবদা উচাল পাম্বী অসি পনবা য়াই। উচাল পাম্বীগী অশাংবা মনাশিংনা জুম জুম তাদুনা লৈরগদি বোনশাইগী ফজবা অদু মনানা থুমহৎখিদুনা বোনশাইগী ফিভম য়াম্না কাইনা উহল্লি। মরম অসিনা হায়রিবা মথল অসিগী পাম্বী অসিদা ঐখোয়না অনৌবা য়েননিং হুনহনিংলবা অমদি অনৌবা মশা লোংহনিংলবদি হাননা পানজরম্বা অরিবা মনাশিং অদু মতোলগী শরুক্তা অহুম/মরিদং খাক-পিরগা লেনহৌরিবা মনাশিং অদু লোয়না ককথৎপিগদবনি। অস্তুম্না মনা ককথৎপিবগী খ্বায়দগী ফরবা চানরবা মতমদি ওক্টোবর নবেম্বর নি। মতম অসিদা মনাশিংদু ককপিরগদি মার্চ এপ্রিলগী মতমদা অনৌবা য়েননিং হুল্লকতুনা উচাল পাম্বীগী ফজবা অদু য়েংবিদুনা অমুক য়োকথৎপিবা তারে। মতম অসিদা ঐখোয়না কা হেন্না মতোল পুংবা পামদ্রগস্থ মতোলগী শরুক অদু লৌথোকপিদুনা মশা লোংনবা হোৎনবিবস্থ অপাম্বগী মতুং ইনবনি।

হৌজিক মথা তানা অমুক নৈ-রবদা বোনশাই পাম্বী অমগী মনাশিংসি মতৌ করম্না প্রুনিং তৌগদগে হায়বগী মতাংদা পুক্নিং অমুক লুপশিনবিবা য়ারে। মথক্কী পারাশিংসি মরু ওইবগুম্না বোনশাই পাম্বী অমগী মনা ককপিবা হায়বা অসিস্থ য়াম্না মরুওইরবা তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌ অমনি। বোনশাই পাম্বী অমদা মনাশিংনস্থ চাউরবা

মিয়েংকন অমা ঐখোয়দা পিরি। বোনশাই পাম্বী অমগী মরু- মউ মশাশিং চাউনবা য়োল্লগা মনাশিংবুনা য়ারিবা মথৈ কুপফন্দুনা থম্বীরগদি বোনশাই অদুগী য়াম্না ফজরবা শকুম অদু ফংবিগনি। মতাং অসিদা ঐখোয় পুন্নমক্না অমুক নিংশিংবা য়াবা রাকম অমনা পাম্বী অদুদা ছাপলিবা লৈবাক লৈহাও অদু য়াম্না কুপ্পা য়েংবিবা দরকার ওইরে। মথক্কী পারাদসু পঙ্গথে মদুদি মপুং মরৈ ফারে হায়না নিংলবা বোনশাই পাম্বী অদুদদি কা হেন্না লৈহাও চেনবা লৈবাক থক হাপ্পিরোইদবনি অমসুং মরা ককপগী চাং য়াম্না হন্থবিগদবনি হায়বা রাকম অসি কাউবিরোইদবনি। হায়রিবা রাকম অসিগা তুংওইননা ঐখোয়না মনা হেন্না কুপলকবা পাম্বীগী লৈহৌ লোইশিনগকপা মতমদা চাউরাক্লা আগষ্ট/সেপ্তেম্বর থাদা মনা ককপিগদবনি। মসিগী মতুংদা চোংলকপা মনাশিং অদু থর মথৈদি কুপলগনি। অসুম্না কয়ারক হন্না মনাশিংদু প্রুনিং তৌবিরগদি ঐখোয়না হেক পামলিবা মওং অদু শোইদনা ফংবিগনি। মনা ককপিবা অসিনসু বোনশাইগী মশা অমসুং মউ চাউথংহল্লি অদুগা পাম্বীনা ঈশীং চুপথংপগী চাং অদু হন্থহন্দুনা লৈবাক লৈহাও অদুবুসু মতম শাংনা ইং ইং লাওনা লৈহন্দুনা থম্বদা য়াম্না মতেং ওই।

# ১৮

## "করম্না বোনশাই অমবু শেল তিংদুনা লৈবিগদগে"

ঐখোয়না বোনশাই পাম্বী অমবু পামই হায়দুনা খুদক্তা হেক্তা শেল পুথোক্তুনা লৈবিরোইদবনি। থিরম অসিগা মরীলৈননা রাহৈ খরদং পঞ্জবা তারবদা বোনশাই লৈগদৌরিবা মুপা নংত্রগা মুপী অদু হায়না বোনশাই থাবগী মরমদা জ্ঞান লৈবা মীশক অমা ওইগদবনি। হায়রিবা মরমশিংসি হৈথং থংদনা বোনশাই অমবু পামই হায়দুনা শেল তিংদুনা লৈবিরুবা তারগদি পাম্বী অদুদা শেম্বী শাবিগদবা ( ট্রেনিং অমসুং প্রুনিং ) পুম্নমক অদু মতম চানা শেম্বী শাবিহৌত্রগদি বোনশাই ওইরিবা পাম্বী অদুগী ফিভম কায়রক্তুনা হায়নী লৈজরম্বা ফজবা অদু মাংথিবদগী অদোমগী অপাম্বা অদুসু পুক্লিংদা অমুক হন্না লাক্তবগী লম্বী অমা ওইগনি।

ঐখোয়না লৈগে নিংলিবা বোনশাই পাম্বী অদুগী মরমদসু ঐখোয়না খর মখৈদি থংজিনবা দরকার ওই। থন্লবা পাম্বী অসি/অদু ঐখোয় ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক লৈরিবা অমসুং লৈগদৌরিবা লম অদুগী হবা মুংশিং অমসুং অহৈং অশাগী ফিভম অদুদা মতম শাংনা অদুমক হৌবা ঙমগদ্রা ঙমলোইদ্রা হায়বা রাফম অসিসু য়াম্না কুপ্না নৈনবিবা চুমত্রা হায়না পনজনিংই। মসিদগী হেন্না থরা অমুক কুপথনা য়েংবিবা তারবদা বোনশাই পাম্বী অদুমক লৈনা-তিলনা তাদবা পাম্বী থনবিগদবনি লোইননা পাম্বী অদুদগী লোংথোরকলিবা মশা॰

শিংছু য়াম্না চাউবমু নত্তবা অতুগা য়াম্না পিকপস্থু নত্তবা মশাশিংনা চাং হায়রপ মাম্লনা লোংবা পাম্বী ওইবনা তুং শাংনা ফজবা ওইগনি পঞ্জনিংই।

মথক্তা পঞ্জথ্রিবা ঝাকম পুম্নমকসি নিংথিনা নৈনবিরবা মতুংদা ঐখোয় খ্বায় পুম্নমক্লা বোনশাই পাম্বী অতুগী মক্ক মরাগী ফিভম অমুক য়েংবা দরকার ওইরে। পাম্বী অতুগী মক্ক মরা অতু নিংথিজনা নোইখোকলবা অমদি পৌরপ্পা লোংখোকলবা মরা য়াওবা পাম্বী খনবিরগদি অদোমগী হেন্না মাই পাকলবা অমদি ফজরবা বোনশাই পাম্বী অমনি হায়বদা খোয়দোক্লা লানত্রবা ঝাকম অমনি।

অস্থুম্না নিংথিজররবা, মওং নিংথিনা শেমলবা বোনশাই পাম্বী অমা অদোমগী ইনাক্তা থম্বীদুনা ইশা ইথন্তুগী ওইবা মুংঙায়বা অদু লৌবিরগদি মতম খরগী মতুংদা ( মন্নুংদা ) বোনশাই শেমনিংবগী অমদি য়োকনিংবগী ঝাখলদগী মথল কয়াগী বোনশাই মশিং খরা মখৈদি ইশাগী ওইনা হেনগৎলকত্রা হায়না ময়ামগী মফমদা অইবগী ঝাখলদগী ফোংদোকচনিংই।

## ১৯

## "বোনশাই শেম্বদা চঙবা খুৎশু খুৎলাই"

ঐখোয় পুম্নমক্লা করিগুম্বা থবক অমা পাংথোক্লবা হোৎনবদা খুৎশু খুৎলাইগী মপাল য়াম্না তাংই হায়বসি ককনিঙাই য়াওত্রবা ঝাকমনি। মরম অদুনা ঐখোয়না বোনশাই অমা য়োকপিবা অমদি শেম্বীবা মতমদা খুৎশু খুৎলাই দরকার ওই। চংত্রবা য়াত্রবা খুৎলাই

খরা পঙ্গবা তারবদা মনা কা হেন্না পুংবদগী অমদি লিরবা মনা করুবা মচিল তুমলপ তৌবা শাংলপ তৌবা অথৌবা কাটী অমা অপিকপা অমস্তুং কুপলপ তৌবা মশা করুবা মপাঙ্গল লৈবা কাটী অমা। মসিগী মথা তানা খরা চাউথংপা বোনশাইগী করুবা য়াম্না হেন্না মপাঙ্গল লৈরবা, খরা হেন্না চাউবা কাটি অমা হায়রিবা কাটী অসিনা ককপদা খুদোং চাদ্রবা হেন্না কনথ্রবা উশা করুবা হোরাই মচা অমা, বোনশাইগী অচৌবা অমস্তুং মশা মচাশিং মকা লাম্না অমদি হেন্না ফজবা মওং অমদা পুররুবা হোংনবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা কোরিগী নত্রগা এলুমিনিয়মগী অচৌ-মচা য়ান্নরব। তারা খরা, বোনশাইগী মশা ককপিবা মতমদা ককলিবা মশা অত্থুগী উগী শরুক খরা হেন্না কোত্তুনা ককপা য়ানবা কোনলপ তাবা ( কনকেভ ) শেল্লবা অথৌবা চম্পুগুম্বা কাটী অনা, বোনশাইগী মউ অমদিং মশাশিংদা য়েংথিবা তারা ককপা ঙম্বা কাটী মথল অমা, পাইজ মচা অমা, দরকার ওইবগী মতুং ইন্না লৈবাক লৈহাও নিকথোক্লবা অকুং অরল মান্নদবা জালি, ঈশীং চাইনবা পেরে অমা, বোনশাই মখোংদা ইশং থাবদা শিঞ্জিনবা য়াবা তুমশং অমা অসিনচিংবনি।

## ২০

## "করম্না বোনশাইবু লংথোক্কনা থম্মীরমগদগে"

বোনশাইবু হুংশিনা, থরায় য়াওনা য়োকচরিবা ঐথোয় থ্বায় পুম্নমক তঙাই ফদনা তৌদ্রবা য়াদ্রবা তানফম অমদগী মতম খরগী ওইনা অমদি খরা হেন্না মতম শাংনা য়ুম থাদোক্কনা লমদা চংপা হায়বসি য়াওদবা নত্তে। হায়রিবা ইশা লৈতবা মতম অসিদা

ঐখোয়গী বোনশাইবু মতৌ করম্না থম্বীরমগদগে হায়বসি য়াম্নমক খংজিনদবা য়াত্রবা রাকমনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা থরদংদি মতম শাংবা অমস্তুং শাংদবগী মতুং ইন্না ঐখোয়না চেকশিন থৌরাং লৌবা তাবনি। মতম য়াম্না শাংনা থাদোক্কদবা ওইরগদি ঐখোয়না থাজবা য়াবা মশানা পাম্বীবু খরা মুংশিজবা মীওই অমদা শিনবিরম্বা হায়বসি তৌত্রবা য়াত্রবা রাকমনি অতুগা চাওরাক্লা থা ২/৩ গী মতম ওইরগদি লৈরিবা বোনশাই পাম্বী অতুগী ফিভমগী মতুংইন্না নিংথিজনা মুংশা ফংবা অহাংবা মকম (লৈবাক্তা) চাবা অমা খনবিরগা বোনশাই পুম্নমক্তু নিংথিনা থম্বীতুনা পাম্বী অতুনা হৌজরিবা পাত্র অতুগী অরাংবগী চাং অতু ফাওবা তুরেলগী লৈঙোই শিজিনবীরগা ঈশীং নিংথিনা চাইতুনা থম্বীরমলগদি বোনশাই পাম্বী অতু থোয়দোক্লা শোকলোয়দ্রা হায়বগী থাজবা লৈজে। মথক্তা পঙ্গথ্রিবা মতম অসিদগী হেন্না তেনবা ওইরগদি হায়বদি চাওরাক্লা চয়োল ১/২ গী মতম ওইরগদি বোনশাই পাম্বী অতুদা পানজরিবা মনাশিং অতু তংথায় তংথাই ককথংপিবা নংত্রগম্মু মতোলগী শরুক্তা মনা ১/২ দং খাকপিরগা অতৈ মনা পুম্বা ককপিতুনা থম্বীরম্বা য়াই। মসিদা ঐহাক্লা মথক্কী পরাদম্মু পনজথ্রবা মতম চুপ্পা মনা কেনগন্দবা ইশংদ শংতুনা লৈবা কাংবুগী পাম্বীশিংদি কৈদৌম্নুংদম্মু মনা ককপি-রোইদবনি হায়বসি মতম চুপ্পদা কাউবিরোইদবনি। মসিগী মতাংদা ঐখোয়না বোনশাই পাম্বীগী মনা ককপা অসি পাম্বীত্রগম্মু অতোপ্পা পাম্বে অমা অতুমক য়েংবিবা য়াই অতুদি ঐখোয়গী লৈজরিবা বোন-শাই পাম্বী অতুগী মনাক্তা ঈশীং থরা হেন্না চনবা পাত্র অমদা ঈশীং থন্না হাপ্পিরগা ডোশিগী মতৌগুম্না ঈশীং নিংথিনা চুপথংপা ঙম্বা মথলগী লংনা শেম্বা থৌরি নত্রগম্মু ফি মচেৎ অমগী পাম্বেনা বোনশাই পাম্বী অতুদা অপিকপা ঈশীংগী ইচেল অমা পিবিতুনা পাম্বী অতুবু

য়োকপিবা য়াই। হায়রিবা মওং অসিগী মতুং ইন্না নিংথিনা অমূক হায়বা তারবদা ঐখোয়না শেম্বিগদৌরিবা ডোসি অসি পংচাও চাওদবা লংজমগী লং নংত্রগা ফি ওইগদবনি। হায়রিবা মথল অসিগী ডোসি অসি কা হেন্না কন্না থক তাশিনখিরোইদবনি। মসিনা ঈশীংগী ঈচেল অতু পলহনবা য়াবগী খুদোংচাবা লৈ। ডোসি অসিনা পাম্বী অতুদা ঈশীং লেপ্পুনা পিবদা হেন্না খুদোং চানব ডোসিগী অরে ইবা মচিল অমনা পাম্বীগী মখোংদা লৈগ্রগা অতোপ্পা মচিল অতুনা ঈশীং য়াও-রিবা পাত্র অতুগী মথা থংবা শরুক ফাওবা থাদবিগদনি। লোয়নননা হেন্না অমুক্কা খুদোং চানবা ঈশীং য়াওবা পাত্র অতু বোনশাইগী পাত্র অতুদগী ইঞ্চি অমত্তংদ ওইরবস্ু রাংনা থম্বীগদবনি। অস্তুম তৌতুনা চেকশিন থৌরাং লৌবিরমলগা ঐখোয়না মতম খরা য়ুম থাদোক্তুনা চংখিবদা বোনশাইদা থোইদোকপা কা হেন্না অশোয় অঙাম থোকলোইদ্রা হায়জনিংই।

## ২১

## "কা মন্নুংদা থমগদবা বোনশাই"

কা মন্নুংদা থমগদবা বোনশাই অসি ময়ামদগী খরা মখৈদি তোপ তোপ্পী। মরু ওইনা কা মন্নুংদা হৌবা ঙম্বা মথলগী পাম্বী-শিংনা হায়রিবা মথলগী বোনশাই অসি শেম্বীবা য়াই। ঐখোয়না কা মন্নুংদা থাবিবা নংত্রগা থম্বীবা তারগদি ঐখোয়না পাম্বী অত্নুবু হিংবা ঙম্নবা পাম্বী অমনা হিংবদা দরকার ওইবা মঙাল অইং অশা হিয়ুমিদিটী অসিনচিংবা পুম্নমক পাম্বী অত্নুনা মতিক চানা ফংজনবা শেম্বী শাবীগদবনি। মরম অত্নুনা মঙাল নিংথিনা চংবা ঙম্নবা নুংমিংকী মৈশা মতিক চানা ফংননবা থোংগী থোংনাও য়াম্না লাওনা লাওনা ফাৎপিগদবনি। ঐখোয়না থমলিবা বোনশাই পাম্বীশিং অত্নুদা নুমিংগী মঙাল ৱাৎলে হায়না খনলগদি অমদি খংলগদি খুৎশেমগী মঙাল হায়বদি এলেকট্রিক ৱব কা অত্নুগী পাক চাওবগী মতুং ইন্না ৩।৪ ফাওবা থানবিবা য়াই। মঙালগী ৱাফম অসিদা নত্তনা পাম্বীনা দরকার ওইরিবা হিয়ুমিদিটি অসিসু ঐখোয়না চেক তৌবিবা য়াম্না মরু ওই। মসিগী শরুক অমা ওইনা হায়বা তারবদা পাম্বীদা ঐখোয়না ঈশীং চাইবিবতা নত্তনা য়ারিবা মথৈ পাম্বীগী মশা পুম্বদা ঈশীংনা ইসপ্রে তৌবিবা য়াই। মসিদা নত্তনা য়াম্না চম্না হিয়ুমিদিটি হেন্না পাম্বীনা ফংবা য়াননবা চোৎ চোৎ লাওবা লৈবাক লৈঙোই হাপলবা মমাই অপাকপা পাত্র অমগী মথক্তা ঐখোয়গী বোনশাইশিং অসি থম্বীবা য়াই। মসিনা হেন্না কান্নবা ৱাফম অমনা ঐখোয়না

বোনশাইদা ঈশীং চাইবিবা মতমদা অহেনবা ঈশীং অত্তুবুস্থু হায়রিবা পাত্র অসিনা অত্তুমক চুমশিনজরে অমসুং কা অত্তুবুস্থু লু-নাম্না থম্বদা য়াম্না মতেং ওইরে। হিয়ুমিদিটী অসি পিবিবগা মরি লৈননা বোনশাই থম্বীরিবা কা অত্তু ক্সুংশিং মন্নাং কায়না চংবা ভস্বা কা ওইগদবনি। কা মন্নুংদা থম্বা বোনশাইশিংগীস্থু মরু ওইনা থুংশেমগী হার হাপ্লীবা মতমদা ঈশীংদা তুমহনবিরগা হাপিগদবনি। লৈবাক লৈহাওগী মতাং-দস্থু মথক্তা পনজখ্রিবা কমন বোনশাইশিং অসিগা অত্তুমক ইমান মানরে।

কা মন্নুংদা বোনশাই ওইনা থম্বা য়াবা পাম্বী খরগী মমিং পনগ্নবা তারবদা খোংনাংগী কাংলুপতা ফাইকশ বেনজমিনা, ফাঃ রেটুশা, ফাঃ ট্রেংগুলারিশ, ফাঃ গ্রিন আইলেন, ফাঃ রাউন্দ লিফ, এজেলিয়া, কেমেলিয়া, রোডো দেনড্রোন, ক্রেশুলা, কমফোই, লাইখুং দ্বার্ব বেমবু ( রা মচা ) অসিনচিংবা।

## ২২
## "শাইকাই অমসুং বোনকাই"

শাইকাই অমসুং বোনকাই হায়বসিস্থু জাপানিভগী রাহৈনি। নিংশিংবা য়াই "বোনশাই" হায়বা রাহৈ অসিদগী "শাই" হায়বা রাহৈসিগা অতোপ্পা "কাই" হায়বা হায়বা রাহৈ অসিগা পুল্লগা "শাইকাই" হায়বা রাহৈসি ওইরকই। অত্তুগা "বোনকাই" হায়বা রাহৈ অসিনা "বোনশাই" হায়বা রাহৈ অসিদগী "বোন" হায়বা রাহৈ অসিগা "কাই" হায়বা রাহৈ অসিগা পুনশিল্লগা "বোনকাই" হায়বা রাহৈসি ওইরকই। "বোন" হায়বগী অর্থদি অথেনবা পাত্র হায়বনি, "শাই" হায়বগী অর্থনা পাম্বী হায়বনি অত্তুগা "কাই"

হায়বগী অর্থনা লেন্দ ইসকেপ ( মহৌশাগী ওইবা দৃশ্য ) হায়বনি। মরম অসিনা "শাইকাই" অমা শেম্বদা পাম্বী মচা খরা মখল খরগী মুং অমদি মচু শংলবা লৈবাক অমসুং অথেনবা পাত্র দরকার ওই। ফজরবা মুংগী মওং অমদি মচুনা হায়রিবা লেন্দ ইসকেপ অসি শেম্বদা খোয়দোকপা মওং অমা উত্তুনা ফজহল্লি। ঐখোয়না হাপ-তুনা অমদি পাম্বী খাতুনা শেম্নবা শাইকাইতুগী অবাংবা অতু থারিবা পাত্র অতুগী অশাংবদগী তাথনা থম্মীগদবনি। অসুম্না শেম্বী শাবিরবা শাইকাই অতু য়েংবদা হেন্না ফজনবা অমদি মিং হেন্না ইংনবা ইশং নংত্রেগা অপিক অপিকপা পাম্বী মচা থাজিনবিতুনা লৈবাক্কী শরুক অতু উদনবা হোংনবিগদবনি। নিংথিজনা শেম্বীরবা শাইকাই অতু মফম চাবা অমা য়েংতুনা থম্মীগদবনি অমসুং মুংতিগী ঈশীং চাইবতা নত্তুনা ঈশীংগী ইসপ্রে মুংতিগী মশা পুম্বা কাম্লিবা কৈ।

মথক্তা হান্না পঙ্গথবা বোনশাই অমসুং শাইকাইগী পাত্র অতু-গুমলদনা বোনকাই অমা শেম্বদা অথেনবা পাত্র অতুমক দরকার ওই। পাত্র অতুগী পাক চাওবগী মতুং ইন্না পাত্র অতুগী অরুবা অথেনবা অতুসু তোঙান তোঙাল্লি। হায়রিবা মখল অসিসু অতে বোনশাই শাইকাইগুম্না মফম অমদগী মফম অমদা পুথোক পুশিন থাংদোক থাংজিন য়াবা ওইগদবনি। বোনকাই অমসুং শাইকাই অনি অসি হায়রপ মানবা মওং অমগী লেন্দইসকেপ অমনি। মসিদা খেংনবা অমতং পঙ্গবা তারবদা বোনকাই অমা শেম্বা তারবদা খুং-শেমগী পোং-চৈ মরু ওইনা চংই। ঐহাক্না খেংনজবা লাইরিকশিংদা অমদি ফোটোগ্রাফশিংদা অসুয়া উজে মতুদি বোনকাই অমা শেম্বদা চংলিবা মচাকশিং শম্না হায়রবদা উ পাম্বী, পাং, তুরেল, সমুদ্রগী খোংবান, ব্রাটর ফোলস, অসিনচিংবশিং অসি খুংশেমগী পোংথোক্লা

হায়বদি মচু তৈত্নুনা অমদি মচু শংলবা লৈবাক লৈঙোইনা শিন্দোক্নুনা শেম-শাই। শম্না হায়রবদা শাইকাই বোনকাই শেম্নীগদৌরিবা অমদি থাবিগদৌরিবা মীওইশিং অসিগী তোপ তোপ্পা গুণ হায়বদি বোনশাই থাবগী, লাই য়েকপগী অমদি মূর্ত্তি শাবগী রাখল লৈবা মীশক ওইবা থর মথৈদি দরকার ওই। হিরম অসিদা খুনাং য়াম্না চাওশিনগ্রবা জাপান লৈবাক্তুদি মখল খরগী মমিং মথা থেংনজৈ মত্নুদি- (ক) ইচম চম্বা বোনকাই ( লেন্দ ইসকেপ ) (খ) খিনবা য়াবা মখলগী বোনকাই (গ) য়াম্দুনা থম্বা য়াবা বোনকাই (ঘ) টেবল বোনকাই অমসুং (ঙ) মরুভূমিগী বোনকাই অসিনচিংবনি।

## ২৩

## "বোনশাইবু করম্না লায়না তিলনাদগী ঙাকথোকপীগদগে"

ঐথোয় পুম্নমক্না রানা শেমজরবা বোনশাইশিংবু লায়না তিলনাদগী ঙাকথোকপিনবা হোৎনবা হায়বসিসু য়াম্না মরু ওইবা রাকম অমনি। মুংতিগী ঙাইহাক ঙাইহাক য়েংশিনবিবনা পাম্বী অসিদা তিল তারে হায়বসি ঐথোয়না অথুবা মতমদা থংবা ওম্বগী খুদোংচাবা অত্থু ফংই। মহৌশাগী ঋতুগী মতুং ইন্না অমদি অইং অশা হরা মুংশিংকী মতুং ইন্না মতম মতমগী ওইবা তিল, লাইনা, অমদি ফংগেলগী লায়নাশিংনা পাম্বীবু মাং তাকহল্লি হায়বসি মীয়ামসু হেন্না থংবিরবা রাফম্লি। পাম্বী অমবু করিগুম্বা লায়না অমনা লাথগদি পাম্বী অত্থুমক নম্রগসু মনাক্তা হৌরিবা অতোপ্পা পাম্বী কয়ামরুম লায়না অত্থুনা মরম

ওইহ্না শিবা য়াবগী খুদোংচাবদ্র লৈবা মরম্না ঐখোয়না হায়না চেকশিন থোরাং লৌখৎপিবা হায়বসি য়াম্না মরু ওই। মসিদা ঐখোয়না তৌবা য়াবশিংদি তিল অমম্তুং লায়নাগী লাইওং অদু মশক খং-দোকপিরগা মদুগী তৌফম থোকপা হিদাক লাংথক অদু তৌবিগদবনি। অদুগা ঐখোয়না চেকশিন থোরাং অমা ওইনা বসন্তগী মতম অমদি নোংজুগী মতুংদা তিলশি হিদাক অমুক-মুক্তি কাপ্লিগদবনি। ঐখোয়না বোনশাইদা অমদি অতৈ পাম্বীশিংদা য়াম্না তোইনা থেংনরবা তিল মখল অমম্তুং লায়না মখল থরগী মতাংদা থরদং পগ্নগে—

(ক) এফিদসঃ— এফিদস হায়রিবা তিল মখল অসি য়াম্না কাহেম্না পিক্তবা চাওস্তু চাওদবা তিল মখল অমনি। হায়রিবা মখল অসিগী তিল অসি নৌনা চোংলকপদা ঙাইরিবা মতোন অমদি মনা-শিংদা ইফোং ফোংনা অদুমক পক্তুনা অমদি তোংহ্নুনা লৈবা তিল মখল অমনি। মসিনা পাম্বীগী নৌরিবা শরুক্তগী মহিগী শরুক চুপতুনা হিংই। হায়রিবা মরম অসিনা পাম্বীবু চাওদম থিহল্লি অমম্তুং মহে মপাল পিকহল্লি। মসিদি পাম্বী য়ামত্রবদি থুংমা ফাদোকপিবা য়াই নংত্রগম্তু তিলহাৎ হিদাক মুভান (ডাইক্লোরোভোশ) ৭৬ ই সি (কন্তেক) ঈশীংদা য়ান্দুনা কাপ্লিগদবনি।

(খ) মনা চাবা তিলথাক মখলঃ— তিলথাক মখলশিং অসি য়াম্না অথুবা মতমদা পাম্বীবু মাং-তাকহনবা য়াবা তিল মখল অমনি। পাম্বী অনৌবা মতোল অমদি মনা চিকথৎতুনা মাং-তাকহল্লি। হায়রিবা তিলথাক অসি হেক উবা মতমদা লৌথোকুনা হাত্তোক-পিগদবনি নংত্রগম্তু মুভান (কন্তেক) শিজিন্নবা য়াই।

(গ) লৈবাক মস্নুংদা লৈবা তিল অমদি ককচেং:— হায়রিবা মখলগী তিল অমদি ককচেংশিং অসিনা লৈবাক মস্নুংদা হুৎতুনা মকোন শাবতা নত্তনা পাম্বীগী ময়া চিকথৎতুনা পাম্বীবু শিনবগী মরম অমসু ওইহল্লি লোইননা লৈবাক লৈহাও মাংহল্লি। মসিগীদমক্তদি বিঃ ঐইচঃ সি ১০% দস শিজিন্নবিবা য়াই।

(ঘ) মনা চিকথৎপা কৌজেং অমসুং মখোয়গী তিল কাংলুপ:— হায়রিবা কৌজেং অমসুং মসিগী কাংলুপকী তিলশিংনা পাম্বীগী মনা অমদি করিগুম্বা মতমদা অনৌবা মতোল চিকৎৎতুনা পাম্বীবু মাংহন তাকহল্লি —মসিদা ঐখোয়না শিজিন্নবা য়াবা হিদাক্তি মোনোতো-ফোশ, হিলদান, মুভান অসিনচিংবনি।

(ঙ) কেশ ৱারম:— মসি হায়রগা ঐখোয়না মনা কোনশিন্দুনা লৈবা তিল অমদি পাম্বীগী মউ মশা চিকথৎপা মখলগী তিলশিংবু মরু ওইনা থংনৈ। মসিদদি চুম্নগী কন্তেক ইনশেকতিশাইট নত্তবা শিশতেমিক ইনশেকতিশাইট (অ) ডাইমেদোন, (আ) ফোশফা-মিদোন শিজিন্নবিবা য়াই।

লায়নাগী মতাংদা ৱাহৈ খর হায়জবা তারবদা লাইনা (ডিজিজ) হায়রগা ঐখোয়না য়ামদ্রবদা মখল অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই (অ) ফংগশনা নাবা লায়না মখল অমসুং (আ) বেকটেরিয়ানা নাবা লায়না মখল অসিনি।

মসিগা মরি লৈননা পনবা য়াবদি— (১) ব্লাশ, (২) লেত ব্লাইত, (৩) পাউডরি মিলদিয়ু অসিনচিংবনি। হায়রিবা লায়না অসিগী হিদাক্তি (১) বেবিশত্তিন (কারভিশত্তিন) (২) তোপ শিন এম ৭৫ (৩) দাইথেন এম ৪৫ (৪) ইসট্রেপতো শাইক্লিন (৫) কারবোফুরান বি জি অসিনচিংবনি। মথক্তা ইগ্রিবা হিদাক মখল পূম্নমক হৌজিক হৌজিক মনিপুরদসু য়ায়া লায়না অপাম্বা মতমদা অহুমক প্লান প্রোতেকশন ওফিস, মন্ত্রি পুখ্রিদগী ফংবিগনি।

# চিনা অমস্থং জপানগী
# বোনশাই অমস্থং অহৈবগী রাথন্দা
# মনিপুরদা তুংদা ওইরকপা য়াবা বোনশাইগী ফিভম

চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা বোনশাইগী থাক অসি মরুওইনা জাপানদা অমস্থং চিনাদা য়াম্না বাংনা লৈরে। বোনশাই অসি চিনানা ইহান হাম্না পৃথিবীগী মস্থংদা হৌদোকপা লৈবাক অমা ওইরগস্থু হৌজিক হৌজিক্তি জাপাননা মশিং হেন্না পুথোকপগী অমদি হেন্না থরায় য়াওবগী মমি অমা ঐথোয়না উবা ফংলি, মসিমকস্থু থোয়দোক্না লান্দবা রাকম অমনি হায়বসি ঐথোয় পুম্নমক্না খংনরবা রাকম অমনি। রাকম অসিনা য়ুমফম ওইতুনা ঐথোয়না চাইনিজ বোনশাইবু য়াম্না হন্থনা খনবদি চুমদে। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অগনা লৈবাক অনি অসিগী তোঙান তোঙানবা চাইনিজ বোনশাই ইষ্টাইল অমস্থং জপনিজ বোনশাই ইষ্টাইল হায়না অতুমক লৈতবা নত্তে। হায়রিবা লৈবাক অনি অসিদা চাওরাক্না চহি ২০০/৩০০ শুরবা বোনশাই কয়া হৌজিক ফাওবা লৈরি হায়বসি ঐথোয়না ফোংলকপা ফাওরবা লাইরিকশিংদগী উবা অমস্থং খংবা ঙমই। মসিমক ঐথোয়না খনবদা য়াম্না ঙকনিঙাই ওই, মরমদি মী অমনা হায়রিবা চহি ২০০।৩০০ ফানা পুন্সিদে। অদুবু হায়রিবা জাপান অমস্থং চিনাদা বোনশাই য়োকলিবা মীওইশিংনা মশাগী চহি য়াম্নশিনলকলবা শিগদবা নকশিনলকলবা মতমদা মহাক্কী মচা মশুদা সনা লুপা, লন থুম, লৌ ইথোল শিন্নরম্বগুম বোনশাই পাম্বীবুস্থু য়াম্না মরু ওইবা পোৎশক অমা ওইনা শিন্নরমতুনা চারোন শুরোন কয়ানা অমুক মথা

তানা বোনশাইশিং অহুবু য়োকলকুনা হায়রিবা চহি অসি ইথং থংহৌদনা য়োরকল্লিবনি। হায়রিবা রাকম অসিমক জাপান অমসুং চিনাদা চৎনবী অমা ওইনা লৈগ্রবা রাক্মনি। মরম অসিনা লৈবাক অনি অসিদা বোনশাইবু য়াম্না মরু ওইনা থমগ্রবা মরম্না এসোসিএশন, সোসাইটী অমদি কমিটী কয়া কয়া শেমলবা মতুংদা বোনশাই স্কুল কয়ামরুসু লিংথংত্তনা অঙাংদগী অহল ওইরবা মীওই ফাওবা হায়রিবা স্কুল অসিদা মিং চন্দুনা বোনশাইগী মরমদা নৈনব হৌগ্রবনি। মখোয়গী ওইনা রাহে থরদংগা হায়জবা তারবদা করিগুম্বা বোনশাই কম্পিটিশন অমদা মী অমনা পুথোকনিংই হায়তুনসু তেক্তা পুথোক্কুনা কম্পিটিশন অসি য়াওবা য়াদে। মরক অসিদা পুথোক্কদৌরিবা বোনশাই অহু ক্যালিফাইট ওইবা অমসুং ওইদবা হায়তুনা অমুক থায়দোকলি। ক্যালিফাইট ওইরবা বোনশাই অহুতমক কম্পিটীশন অহুদা য়াওবা য়াগনি। হায়রিবা লৈবাকশিং অসিদদি অসিগুমলবা বোনশাইগী কম্পিটিশন অসি চহি অমগী মন্নুংদা ৩।৪ দগী তাদনা পাংথোকই।

ঐখোয়গী লৈবাক ভারত্তদি বোনশাই এসোসিএশন অমসুং সোসাইটি লৈরগসু ওসিফাওরদি বোনশাই স্কুল লৈবগী পাউদি ফংদ্রি। অহুবু ডাঃ রটি অগ্নিহোত্রি, জোটি পরেক অমদি লাইলা ডনদা মখোয়না ভারতকী মন্নুংদা হেন্না থরায় য়াওবা উত্তুনা লাইরিক কয়া ফাংহুনা মীয়ামদা জ্ঞান পিরি।

চাওথংলকপগী থোংলোই মতুং ইন্না ঐখোয়গী ষ্টেট মনিপুরদসু লৈগু থানীংবগী মীশিং নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হেনগৎলক্লি হায়বদা থোয়দোক্লা লাল্লোইদ্রা নিংজে। চুন্না লৈ থাবনা মুংঙাইরক্কুবা হায়গদ্রা পেন্দবনা ওইগদ্রা থোয়দোক হেন্দোক্লা শেম্বদা

রারবা অমদি মতম য়াম্না চংলবা বোনশাই অসিবু য়াম্না হেন্না পাম্নবা ঙসি ঐখোয়গী মনিপুরদা উবা ফংলি। ডিঃ বিমল শর্ম্মনা মনিপুরদা ইহান হান্না বোনশাই হৌদোকখি হায়বসি ঐহাক্না মথক্তসু পল্লে। মসিগা মরি লৈনবা হায়জনিংবদি হায়রিবা মরুপ অসিনা ইং ১৯৭৬ তা জবাহারলাল নেহরু ডান্স একাদমী হোলদা মহাক মশা মথন্তগী ওইবা মনিপুরদা ইহান হানবা বোনশাইগী মেলা তৌহুনা মীয়ামদা উৎপ্রবনি। মসিগী মতুংদা মহাক্কী য়ুমমক্তদা ইং ১৯৮৪ দা বোনশাই ক্লাস তৌহুনা মীয়ামদা খংহনপ্রবনি। হায়রিবা মতম অহুদগী হৌরহুনা মীয়াম্না বোনশাই থাবগী লম্বীদা চংশিনলকুনা ঙসি ঐখোয়গী মনিপুরদা মীয়াম্না বোনশাই উবা ফংবিরি। অহুবু অরাবগী মশক অমনা ঙসি ফাওবা ( ইং ১৯৯২ নবেম্বর তাং ৩ ) মনিপুরদা বোনশাইগী এসোসিএশন অমা লৈতবা অসিনি। অহু-মকপু বোনশাইদা থরায় য়াওরিবশিংনা ঐহাক ইশামক য়াওজহুনা হায়রিবা এসোসিএশন অসি শেম্নবা থৌরাং লোখৎচরি। অসি-গুম্নবা তাংলবা বোনশাইগী এসোসিএসন অসি শেম্নবা মতুংদদি মীয়ামদা বোনশাইগী মরমদা হেন্না ময়েক চুম্নবা জ্ঞান অহু পীবা ঙম্বগী খুদোংচাবা হেন্না লৈরগনি, লোয়ন লোয়ননা মনিপুরগী মফম থরদা বোনশাই টুর কয়া চৎপা ঙম্বগী খুদোংচাবহু ফংলকলগনি।

ঙসি ফাওবা ডিরেক্টর ওফ হোরটিকলচর অমসুং শোইল কন-জরভেশন, মনিপুরনা শিন্দুনা চহি খুদিংগী পাংথোকপিরিবা হোর-টিকলচরগী মেলাদা বোনশাইগী ওইবা আইতেম অমা থম্বীহুনা বোনশাই পামজবা কয়ানা মীয়ামদা বোনশাই উৎপা ঙমজবগীদমক্তসু হায়রিবা বিভাগ অসিবু থাগৎচরি। মসিগা তুংওইননা মনিপুরদা শকনাইরবা আইঃ পিঃ জিঃ অমসুং সিঃ বিঃ এসঃ অনিগী মেম্বরশিংনা

হান্নরিবা মিভাগ অসিগা থুংশমনজরগা টুরিজম কেন্দ্রীবেলগা মরি লৈননা ওসিন্দগী ( নবেম্বর ৩, ১৯৯২ ) পাংথোক্কদৌরিবা ঙুমিৎ মঙানিগী ওইবা লৈন্তগী মেলাদা নাকল খুদিংমক্কগী অতৈ অতৈ লৈ-শুগী মতৌগুম্না বোনশাইদস্থু হেন্না থবায় য়াওবগী মত্ত পিনরকুনা বোনশাই, মখল খুদিংগী শো কম কমপিটিশন ওইনা হাপচিনজবা অসিদা মীয়াম্না পেনবিবগী মমি উবা ফংজে। অসিগুম্নবা মনিপুরদা ইহান হানবা ওইদৌরিবা বোনশাই মখল খুদিংগী ( মেমে বোনশাই, স্মোল বোনশাই লার্জ বোনশাই অমস্তুং জাইনত বোনশাই ) শো কম কমপিটিশন অসিগী-দমক্তা ঐখোয় পুম্নমক্কী ওইরবা চাউথোকচনিঙাইহনি । অসিগুম্নবা মচল ওয়বা বোনশাইগী আইটেম অসি তুংদা লাক্কদৌরিবা মেলা ফয়াদা হাপচিনবিহুনা মীয়ামদা উংথোকপা ওম্নবগী থুদোংচাবদু মীয়ামদা পিবিরগদি মনিপুরদস্থু হেন্না চাওখৎপা বোনশাই থাক অমা মতম ইকুই কুইদনা য়োরকপা ওম্বগী থাজবা লৈ হায়জনিংই।




লৌইজম্রে